# তল তরেং

অচাংবী

লীলামচা, শক্তম

অমদি রাম্রী-রাতাইশিং




কোইজম শান্তিবালা

TAL TARET : A collection of Short plays, Features and Dialogues for Children by Koijam Shantibala.
Published by Leihaorungbam Nirjalata Devi, on behalf of The New Light Publishers.






| | | |
|---|---|---|
| *কপি মশীং* | : | ৭০০ |
| *অহানবা শুৎনম* | : | ২০০৬ ইং |
| *মমল* | : | লুপা ৬০.০০ |
| *কোপি রাইট* | : | হক পূন্বা অইবীগীনি। |
| *লাই যেকপা* | : | অরুবম রঞ্জিৎ সিংহ,<br>খুল্লেম লৈকাই, ইম্ফাল |
| *নম্ফম* | : | ঐজ্জা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর<br>নাওরেমথোং বজার, ইম্ফাল। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| *লাইরিক ফংফম* | : | ১। | অইবীগী য়ুম,<br>খুরাই লম্লোং বাজার। |
| | | ২। | রাজেশ বুক ষ্টোর, ইম্ফাল। |
| | | ৩। | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল। |

---

***অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিক :***

অমুবা মীৎখূমফি (শৈরেং), ২০০৪

*মতমগী লোংলৈ-নুংশিং খঙদ্রিবা*
*তুংগীদমক লেপ্লিবা অঙাং নাবাশিং*
*নখোয়গীনি।*

# ৱাহৈ খরদং

পুন্সিদা খ্বাইদগী পেঞ্জবা মীকুপতি, অঙাংশিংগা লোয়ননা লৈমিন্নবা মতম অসিনি। অম্বাবা, কল্লকপা, অপাম্বা লৈত্রিবা মখোযগী ৱাখলনি। খঙনীংবতনা থল্লবা ৱাখল, ফজবতা উবিবা মীৎযেং অমদি নুংঙাইবতা ওইরিবা পুন্সি কবিগুম্বা কান্দা যান্ন' ঈংখৈ' লাংলকই, নুংশিজবকই।

এস.সি.ই.আব.টি. না খুদোংচাবা অসি পীবিদুনা পামজবিবা পুন্সি অসিবু নৈনবগী তাঞ্জা ফংহনবীখি। ইড়ুকেসনেল ব্রোডকাষ্ট প্রোগ্রামগীদমক টেঞ্জ বুকাশংদগী ব্রোডকাষ্ট তৌনা যানবা মখল মখেলগী ফোমেত্তা স্ক্রিপ্টস ইথোকপগী ৱার্কশোপ কযাবক যাওবা ফংজখি। ওস্তোকপা মহাও অমনি, ক্লাস ক্লাসকী মতুং ইন্না চহী অসি হস্তবগা ইবা ওবকই, অঙাংগী সাইকোলোজি খঙনবা হোৎনবা তাবকই। অখঙ অহৈ কযানা তার্কাপ তাকপিনা ঐখোয খৃৎ থাবা, পাক ইবা ঙম্মদে, অঙাং ওইবা ঙম্মদে। অৱাবশিং অদু মাযোক্লদুনা ৱার্কশোপ যাওবা খৃদিংগী স্ক্রিপ্ট খবদি পুথোকচহৌই। ইং ১৯৯৪ দগী হৌনা থমজিনহৌবা স্ক্রিপ্টশিংদগী খবা খনগৎচবগা লাইবিক অসি অঙাংশিংগীদক পুথোকচবনি। লাইবিক ওইনা পুথোকপা যাবিবগীদমক মবী লৈনবা থৌ পুবিবিবা পৃম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

ৱার্কশোপ খৃদিংগী এক্সপার্ট ওইবীখিবা অমদি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী প্রসিডেন্টসু ওইবীবিবা শ্রীবাচস্পতিময়ুম জযন্তকুমাব শর্ম্মনা লাইবিক্কী ৱাহৌদোক ইবিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইবিক ওইনা পুথোক্লবগীদক থৌনা হাপ্পীখিবা ডা. এনজি একাশিনি অমদি মাযা নেপ্রমবু থাগৎচবি। চোইনা তাদুনা মাঙখ্রগদবা অইবশিং অসিবু খোমজিন্দুনা লাইবিক ওইনা পুথোকপীবিবা লৈহাওকংবম নির্জলতাদা থাগৎচবা ফোঙদোকচবি। লাইবিক্কী লাই যেকপীবিবা অকবম বঞ্জিৎ সিংহবুসু থাগৎচবি। অথুবা মতমদা লাইবিক ওইনা মশক উহনবিবিবা ঐঙ্গা কম্প্যুটব প্রিন্টিং সেন্টবগী কে. নিলচন্দ্র শর্ম্মবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

এপ্রিল ২৮, ২০০৬ — শান্তিবালা

# য়াওফম তাকপা

# ব্রাফম অম’নীদং

অঙাংগী ৱাৰী লাইরিককী মখল অসি ঐখোয়গী সাহিত্যদা য়াম্না তাঙনা থোকই, কবি কবিগুম্বা মতমদা য়াম্না লীক্রা অম’নীদং অদুক উবা নত্তনা পংতোই তোযনা উবা ফংদে। মবম অদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙাংগী লাইরিক, মখোয়না পানিংবা, অনীংবা ৱাৰী ৱাতাইগী চেকোক্লনচিংবগী থাক অসি য়াম্না হর্ষবি হায়বা ঙাই।

নোংমা ডা কোইজম শান্তিবালানা ঐখোয়দা য়াম্না চেকশিন্ন ‘ঐ লাইরিক অমা নম্না লোইবে, ফোঙদৌবি। লাইরিক অসিগী মতাংদা ৱাহৈ খজিক্তং ইরিয়ু, অঙাংগী যুঙ্গা ৱাৰীদা যুম্ফম ওইবা লাইরিক্লি’ হায়খি। লাইরিক অদু ঐগী খৃত্তা ফংবা মতমদাদ তল তবেং——অঙাংগী লীলামচা, শক্তম অমদি ৱাৰী-ৱাতাইশিং হাযবা লাইরিক আস ওইবন্নে।

ঐ শান্তিবালাগী লাইরিক অসি পাবে। বেডিওগী শক্তম হায়না খঙনবা, বে.কার্ড .ভাদুনা সাউণ্ড ইফেক্ট অমদি ম্যুজিক্লচিংবা হাপচিল্লগা তাবা নুংঙাইনবা শেম্বা যাগদন ।’ ক মখল অদুদা ইবা ৱাৰী ৱাবেং ঙাক্লনি। অহানবগী তল-তবেং হাযবা ৱাৰী আস ‘ুঙ্গা নার্বান——কত্তন না হেলোয ৭ তগী হামেং যাইওইবা, মতুংদা থেঙ্গু অমদি থীবা । ধাত যাইওইবা ফংলকপগী নুংঙাইববা ৱাৰীনি। লীলাগী মওংদা সীন নাইনা নানা শ.নগা খৃৎইদা ইবনি; পাউবৌনা নমথাক তৌবা ফত্তে তাকপান, অসুম্না পাতালগী নিংথৌ হিন্দুগী পাউতাক পাওমেনগী ৱাৰীনি, অমকপা, লমন খুম্নিংবা থ.ম্মাগা। লোযননা গুক খনবদি মাঙজনবগী মশকনি হাযবা ৱাফম অসিদা যুম্ফম ওইনা ইনা লীলানি। ৱাৰী মপুং অমদা সীন খাযদোক্লুনা ইবনি।

চন্দ্রকংনান অমদি ইবেম তোইবী লৈমা মৈতৈগী ফুঙ্গা অমদি খুন্নুং ৱাৰীদা যুম্ফম ওইবগা শেম্বা শক্তমনি; অহানা অঙাংদা ৱাৰী লীবিবগা লোযননা ৱাৰী তাক্কক তাক্কক্লা লীলা ওইনা শান্নবা, দাইলোগ শেম-শেমদুনা নুংঙাইনবা মওংদা উৎপা যানবা ইবা শক্তম্নি। ড্রামা তম্বা নিংথৌ সোলোমোনগী অঙাং যেনবগী ৱাৰীদা যুম্ফম ওইবা শক্তম্নি। মচীন-মৌপা মখোয অনী অহম শৈবেং থীবা ড্রামা তৌবগী মতাং খন্ন নৈনবম্বদগী নিংথৌ সোলোমোনগী বিচাবগী লীলা মতেক অমা বেডিওদগী তার্বনি। তেনবা অনী শৈবেং অমগী মবমদা নৈনবনি পোন্দা য়োকপা তেনবাগা মালংদা মনীংতম্না পাইবা তেনবাগা অনীগী মপোক চাংদম্লবনি; ৱাৰী ৱাতাই অমদি শৈবেং পাবা, তাকপিবগী মওংদা শক্তম ওইনা ইবনি। অকোনবগী চিঠি হাযবসিসু ৱাৰী ৱাতাইগী মওংদা অঙাংদা চিঠি ইবগী মওং তাকপি তম্বিবনি।

শান্তিবালাগী ভল ভবেং অনৌবা মখলগী লাইবাক্ল হায়জনীংই; অঙাংগী তম্বা লাইবিক্তা য়াওবা পাডাশিংগী মবক্তগী খল্লগা ইডুকেসন ব্রোডকাষ্টকীদমক ইবা খুৎইনি, এস সি ই আব টি গী ইডুকেসন টেক্নোলোজী ইউনিটনা পাঙথোকপা মেডিয়া স্ক্রপ্ট রাইটিং ট্রেনীং কোর্স মনুংদা ইখিবা স্ক্রপ্ট খবসু থেংনৈ, অমুক হন্না শেম শাবগা বুক ফোর্মদা পুথোবকপা রাবীশিং মপুঙ যাম্না ফায। অঙাংশিংনা পাবদসু নুংঙাইবা ফংবতা নত্তনা কান্নবসু ওইগনি, লাইবিক অসিদা যাওলিবা লীলা মচাশিং, ফিচব (শংস্ম) শিং অসি স্কুল নংত্রেগা লম লমগী ক্লবশিং, অঙাংগী লিষ্টনীং সেন্তবশিংদা অঙাংশিংবু তম্বী তাকপিব্লগা শান্নহল্লবদি পীক্লিবা মহৈবোইশিংগা কলাগী ওইবা মওংদা পাবা, লীলা তৌবগী জ্ঞান খবদা ওইববসু পীবা ঙমগনি খল্লি।

অঙাংদি লীলা যেংবা, বাবা তাবা, ঈশৈ তাবা যাম্না পাম্মী। ক্লাস কমদা ওজানা পাডা তাক্লগা মখোযনা তমিন্না তাবা, তাদবা যাদবগী অদুক তাবনি, পক্লিং চঙনা, খোযজঙনা তাবা নওবানিনা, তাকপ্রবা খবদু মখোযগী বৃদ্ধিদা তুংদুনা লৈহৌদে, থুনা কাউগল্লি, বুদ্ধ লৈবা অঙাং খবাদ কাউবমদসু যাই, অযাম্বা অঙাংদি কাউবনা হাল্লি। অদনা অঙাংগী মহৈ মশিংগী মতাংদা খঙ লৈববশিংনা শান্নবগী মওংদা তাম্লবা, ঈশৈ শক্লুনা তাম্ববা, ফিল্ম, কম্প্যুটব, রেডিও অমদি ইলেক্ট্রোনীক মোডমা শাজিন্নদুনা তম্বিবগী থৌনাং পাযখৎনম্ববা মতম অসিদা, লাইববা লম ঐখোযগীদি অহাংবা লৈ ত, থাযনা ঐখোযবু তম্বিবকপা অদুম্না অদুম কা অমদা অঙাং ৪০/৫০ ওইনা মৌক্রিদা ফল্লগা তাকপা উইনিংবা অঙাংনা উইবা, লাঙবা– অসিনি তৌজিক লৌজব লোববা মণিপুরগী মহৈ মশিং তম্ববগী মওং, অসিগুম্বা ফিতম আসদগী ত হাংগা খবদং লাক্লবা ষ্টেট কাউন্সিল ওফ ইডুকেশনেল রিসার্চ এণ্ড ট্রেনিংগী ইডকেসন টেক্নোলজী ইউনিটনা ঙমজ্জবা থাক্তা পাযখৎলিবা ইডুকেসন ব্রোডকাষ্টকী তঙাইফদবা মচাকশিংগী মনুংদা অসিগুম্বা মখলগী খুৎই অসি যাওরি। খুৎই অসি অঙাংগী মহৈ মশিং তম্বগী মতাংদা যাম্না কান্নবা হীবম অমা ওইগনি। অইবী আসনা অসিগুম্বা লাইবিকশিং অসি মগং মগং পৃথোকপিবক্লুনা অঙাংগী সাহিত্য চাউখৎনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিবগা লোযননা মখোযগী লাইবিক লাইও তম্বদা অচৌবা থৌদাং যাগনি হাযবসি ঐগী থাজবনি, শান্তিবালাগী হোৎনজবা শম্নমক মতম যালহনবীনবা ঈশ্ববদা খুকমজনি।

এপ্রিল ২৬, ২০০০

বি. জগন্তকুমাব শর্ম্মা
প্রেসিডেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
ইম্ফাল।

# তল তরেৎ

## (লীলা মচা)



**য়াওগদবা শক্তমশিং :**

| | | |
|---|---|---|
| মমা | - | চহী ৪০-৫০ |
| হেলোয় | - | ১বা, ২বা |
| য়ূমদোমপোক্কী নুপী | - | চহী ২০ |
| য়ূমদোমপোক্কী নুপা | - | চহী ২৫ |
| কত্তন মচানুপা | - | চহী ২৫ |

# তল তরেং

## ১রা মতাং

[ *য়ুমনি। কত্তন য়াম্না থেংলবা ফাও হৌগৎতবদা মমানা হৌদোকই* ]

মমা : হৌগৎলোনো ইবুংঙো নঙবো। তূম্বগা চাবাগা ইমা শিথ্রদি চারা হেন শিদৌরিনে। থবক হায়রা শূনিংদে চাক ফাওবা মীনা শায়বিবা য়ারদি শায়বিয়ু সিনিনে তনবগীজাত্তা।

কত্তন : ঙাঙপ্রপোৎনি ঐখোয় ইমাসিমা। তূম্নীংলগা নঙসু তূম্মো।

মমা : উম তূমগনি!চবা হেল্লবা কান্দা তূম্বা নুংঙাইনি। নমান নমান্নবা লংফৈ চত্তুনা শেল তাল্লি নঙসু চৎলো হৌগৎলো।

কত্তন : তল্লে চৎলোইএ।

মমা : চত্তবা য়ারোই। ইমানা তল তরেং হৌদুনা লৈরবনি। মসি পুরগা চৎকদবনি হৌগৎলো।

কত্তন : তল ! পীরো কদায় চারগে।

মমা : সিদা চাবা য়াদে লংফৈদা চানবনি, হৌগৎলো *হৌগৎলো সে সে* ঔ: আ [ *চিংখৎপা* ]

কত্তন : কমায় চত্তোইনো তল্লে ঐ।

মমা : অদুবুরো চুমদিং হেক্তা চৎখ্রোসে। ইমানে তুংদা কন্না ইল্লকে অদুগা হেক্তা জিবি-জিরি জিরি চেনখো-সে ইল্লগেকো ইল্লগেকো।

কত্তন : অস! তল্লিহে।

মমা : তনবা য়াদেসে চেলহৌবো। ঔঃ আঃ [ ইনখিবা ]

ম্যুজিক

## ২শুবা মতাং

[উমং-ব্রামংনি, ঈশিংদা ঈরুজবগী মখোল। হেলোয়শিং নোক খেদুনা ঈরুজরি, উচেক-ব্রায়া খোঙঙি]

হেলোয় : ঙায়খো ঙায়খো ! আদা তাইবং মী অমা চেনশিল্লকইসে য়েংঙু।

২বা হেলোয় : কদায়! কদায় !

১বা হেলোয় : তু ! তু! ঐখোয়বু উথোকপ্রনি লোৎসি লোৎসি খোঙনাং পান্বী মরুমসিদা স্বা....।

কন্তন : [*কন্না চেনবগী স্বর ফি-ফা, ফি-ফা হোল্লি*]

ইস! ব্রায়হে মসিদা অমুক্তা লেপখিগে। অস, খোঙনাং পান্বী অসিগী মখাদা ঙাইহাক্তা ফমখিগে। পুশ্রীগী ঈশিংসিনা ঈপোম অসুক য়াম্না হৌরিসি করিগীনো? হৌনীংখে হৌজৌ তূমদুম তূমথোক্কে। হাইস! ইমান্য তল তরেং পীরকপনি, চাথোক্কে অদুগা তূমদুনা হেক লৈথোক্কে। নুংশা য়াম শারি হোরেল ঈংথরবা মতমদা য়ূমদা হেক হল্লগা লোইরে। তরেংনিকো চাদোইসে অমা অনী, অনী অহুম, অহুম-মরি, মবি-মঙা, মঙা-তরুক, তরুক-তরেং। অহানবসিদি খরা চাউই। অনীশুবী চাসিরা হাউদৌ মান্দে। অহুমশুবী চারগে!

হেলোয় : চাবিনু চাবিনু।

কন্তন : হায় কনানো? ... প্রপ প্রপতুম চারগে। মরিশুবী চাবগে, তরেংসিদি পীকপ্রেদা। কান্নদেসে অমুক্তা লোইনা চাথোক্কে।

হেলোয়শিং : চাবিনু চাবিনু, চাবিনু ইবুংঙো। [*থোরকই*]

কন্তন : নখোয়বু কনানো চাগনি ঐদি লোইনা চানি।

হেলোয় : সোরারেলগী মচানি ঐখোয়দি। ঐখোয়বু চাবিগনু ইবুংঙোগী অপাম্বদো পীজগে।

কত্তন : [*মথন্তা শোল্লি*] উম ! ঐ ভাব তারে। তল তরেৎসি মখোয় ওইরবোই নীংলবা। হন্দক্কী মতাংসি কত্তন ঐ লাইবক চুমহৌদবা য়াদে। [*হৌনা*] চানি ঐদি লোইনা চানি।

হেলোয় : খঙদদুনা ঈকোলসে নৈখায়রুরে। ব্রাকোংশেল ওইনা অপাম্বদো পীজগে। ঐখোয়বু চাবিরনু ইবুংঙো।

কত্তন : ফরে চাবিররোই। পুন্সি চুপ্পা শূদনা চাবা য়াবা থোকউদা থোকপা পোৎশক অমা পীবা তাই।

হেলোয : হামেং অচৌবা য়াহ্ওইবসে লৌবিরো ইবুংঙো। ইবুংঙোনা পাল্লকপা মতমদা চৈ অমনা অহুল্লক অহুল্লক কনবিয়ু সনা থোকউ থোক্কনি, লুপা থোকউ থোক্কনি ইবুংঙো।

কত্তন : উম যাবে। করিগুম্বা নখোয়না হায়বা ব্রাফমসি শোয়ববা ঐদি নখোয়বু চাথোক্কদবনি খঙলব্রা।

[ম্যুজিক]

## চন্থরা মতাং

কত্তন : লম্বীসি ফনা শাংলি। হামেংসিগা য়াওশিল্লে। কমদৌনি ঐদি, নুমিত্তি তাদৌরে। চাকসু লাম্বনা লোইরে তূম্নীংবনসু ঙকএ। ফরে মাঙদা উবিবা য়ূমদোম্পোক অসিদা হেক্তা চঙলগে। .. হো য়ূমসিবু কনা কনা লৈবগে ... তাবিরিব্রো কনা কনা লৈবগে ।

নুপা : কনা ওইরবনো ? [*থোরক্লগা*] ওঃ করি থবক্কী।

কত্তন : লংফৈ চৎলুবনি। খুদোং অমা চান্দ্রে ঙসি অহিংসিমত্তদি য়ুমসিদা লেকচগে।

নুপা : য়ানি য়ানি ইতাও, অহিংসিমা লেকপবু। হায় নুপী তারিব্রা ইতাওসে লংফৈ চৎলুবনি, ঙসি অহিংসিমদি ঐখোয়দা লেকদৌরিবনি, চান-থক্লবা ফিরোলগা খর নীংথিনা য়েংশিল্লু।

কত্তন : ইতাও, চান-থক্লবগা করিমত্তা ব্বাবীরুরনু। হামেংসি য়েংবিয়ু অচমবা হামেং নত্তে হৌজিক্তা হেলোয় তরেৎনা পীরক্লিবনি থোকউদা থোকপা য়াইওইরবা হামেংনি।

নুপী : অশেংবনিকো তাদা। অমুক্তা য়েংশিবা নচন্দি ওম্থোক্লা য়েংনীংখ্রে।

কত্তন : ইতাও, করি থোকহনসিগে? চাক চাকলুক অহুম হেক্তা হায়রসিরা।

নুপা : ইতাও, ইয়া য়ারে ইতাওগী অপাম্বদো হেক্তা হায়বিরো।

কত্তন : অদুদি ইতাও য়েংলসি। হে হামেং য়াইওইবা চাক চাকলুক অহুমতং থোকউহে। গুরুগী য়াথংনি থোক্তবা য়াদে থোকউ ঔং সু: ঔং সু: ঔং সু: [*শেং শেং অহুম্লক কল্লি*]

নুপী-নুপা : [*ঙকপা, হবাউবা*] এ! এ! থোকএ থোকএ।

নুপী : ইঙ্গুংসিদি অহাউবা ঙাক্তা।

নুপা : হায় নুপী চৎলো ইতাওগী ফম-নুংগদু খর থুনা শেমলুরো। ইতাও লমশাং লাকপনি পোত্থানবা তৌবিরো।

[ম্যুজিক]

# ৪শুবা মতাং

*[নাখোকপগী মখোল তাই]*

নুপী : [*তুমিন্না*] নুপা হো নুপা নঙবু তাবিব্রা?

নুপা : কবিনো নুপী

নুপী : যেংঙোই, ঐদি নুপা অসিগী হামেংসে ওম্থোক্লা পামজখ্রে মসি লৈবদি ইনাক খুননি।

নুপা : কবিনোনে নুপী, নঙনা হাযবি সিবো?

নুপী : অদুবুবো নুপাসিনা তূম্লিঙৈসিদা হামেং অঙৌবা অসে ঐখোযগী হামেং অঙৌবসিগা ওম্থোকনহৌবসে।

নুপা : নুপী ফৈনে নঙনা হাযবিসে অদুদি লাকও খবা থুনা ওম্থোক্লসি।

নুপী : নুপা তপ্পা তৌ, তাখিনি। যাবে যাবে নোংসু ঙাল্লকএ। নুপাসি হৌদোক্লসিবা?

নুপা : হৌদোকসি। ইতাও... হো ইতাও নোং ঙাল্লকএ লমশাং চৎখিনি হাযবদু হৌগৎপীবোনে।

কত্তন : [*তীংলি যাংলিবা*] তাবে তাবে ইতাও, ওম্থোক্লসু তনখ্রেদা হৌগৎতৌবিসে অদুবু হামেংসিদি ইমা যেংহন্নীংঙি। অদুদি ইতাও ঐ ঙল্লিঙৈসিদা চৎখ্রগে।

নুপা : ফনি ইতাও।

কত্তন : শাউবিনু ইতাও খবা যেৎচবল্লে।

নুপী : শাউজদে তাদা। হযেংমখৈসু চঙবিবকউ। তাদনা পুবকপা অনৌবা পোৎশিংদো চাং হেক হেক যেংসি।

কত্তন : চঙলক্কনি চঙলক্কনি অদুদি ঐ যূম যৌনবা চুমদ্রিং হেক্তা চৎখ্রগে। ইবুং চৎলে, চৎলে ইতাও।

[ম্যূজিক]

## ৫শুবা মতাং

[ *কত্তনা য়ুমদা হল্লকপা* ]

কত্তন : [*হরাউনা*] ইমা! ইমা! থোরকও ঐনা পুরকইসে য়েংঙু লাও।

মমা : করিনোনে কত্তন নঙনা পঙলাউদা লাউরিসিবো। আ: হামেং অঙৌবা অমা পুরকপগীরা নঙনা লাউরিসে। মীগী থাদোক্লম্বগা পুরকপা নত্তেকো?

কত্তন : ইমা হামেংসে অরায়বা নত্তে। হেলোয় তরেৎনা পীরকপা য়াইওইবনে য়াইওইবা।

মমা : তানিংদেসে ঙাঙগনু। কত্তন নঙনা তৌববু কয়াম জুগোৎ চানেগে।

কত্তন : থাজদমানে। য়েংঙু যেংঙু নমাঙদা হাউখ্রবা চাক চাকলুক অনী থোকহনগেসে। হে হামেং য়াইওইবা ফজখ্রবা চাক চাকলুক অনীদা থোরকউ, গুরুগী য়াংথংনি থোক্তবা য়াদে থোকউ ঔং সু: ঔং সু: ঔং সু: [*সেং সেং কল্লি হামেংনা পংখোংদা খোংঙি।*]

মমা : [*করেম্নৈ*] আ: আ: থোকএহে থোকএহে শক্তা নঙনা তৌববু য়েংনীংদেসে।

কত্তন : ইমা থাজদবা তৌনু। ইমাঙমক্তদা থোকইবনি।

মমা : তনবগী হৌনবা নমিত্তা শোরি-পারি উবি ওইবিনি। নমঙদা ভাবনা দলান শাবা ওইরিনি কান্নদে থবক শূ।

কত্তন : মঙ নত্তে তাইবংনে তাইবং। অমুক্কা ফুগে। হে হামেং যাইওইবা ফজখ্রবা চাক চাকলুক অমত্তা থোকউ গুরুগী য়াথংনি থোক্তবা য়াদে থোকউ ঔং সু: ঔং সু: ঔং সু: [ *সেং সেং পংফুদা ফুই, হামেংনা পংখোঙদা খোংই* ]

মমা : তোকও তোকও, তোকওনে কত্তন নঙবু। হামেংদো শোয়দনা শিরনি। অদুগী শরুকপুদি ফজনা লোয়বসে তোকও।

কত্তন : উম! ইমা ঐ ভাব তাবে। চীস্থিবী হেলোয়শিং অদুনা অমুক্তং খোকপা হামেং পীবকপনি। ঐ হৌজিকমক থিন্দনা চৎকে খঙগনিদনা মখোয়।

মমা : চৎলুবনো, নমঙনে নমঙ উখাদা তৃমদুনা লৈবদা মঙলি ওইবিনি।

কত্তন : অমুক্তং চৎলুগে,কবোক খোযদুম তবেৎখক পীযু তল পীবনু ইমা।

মমা : ওন্থোকপনিদকো ঐগী ইচাসে।

[ম্যুজিক]

## চেগু মতাং

[*উমং রামং হান্নগী মফম, হেলোযশিং শান্নবি। হেলোয মযাম নোক খেনা ঐকজদুনা শান্নে*]

হেলোয : যেংঙো, যেংঙো! নহানগী তাইবংমী, নুপাদু অমুক লাক্লে মাগী পুখ্রী নৈখাযবগী শাউবা তাবে লোৎলসে স্বা...।

কত্তন : চাবগে ঙসিদি। অমা, অনী, অহুম, মবি... তরুক, তবেৎ, অমুক্তা লোইনা চাথোক্লে।

হেলোযশিং : [[*থোবকই*] ঐখোযবু চাবিনু, ঐখোযবু চাবিনু।

কত্তন : কবিগী চাবোয, চীস্থিবী লৌনস্নীশিং। নখোযনা নৎত্রা ঐবু চোপহনবা, ইমানা ঐবু থাজহন্দবা।

হেলোয : হেলোয ঐখোযদি চীন থীজদে তাইবংমীদনা লৌনস্বনি চীস্থিবনি।

## ভাগ তরেং

কত্তন : অদুদি করিগী থোক্তে?

হেলোয় : ইবুংঙোবু যূম তান্না চৎপীব্রা নৎত্রগা লম্বীদগা পন্দেকো?

কত্তন : উম! লম্বেলদা যূম অমদদি লেকই।

হেলোয় : যূম্বুদুনা শোয়দনা হামেংদু লৌথ্রবনি।

কত্তন : শোয়দ্রবরা লৌনম্বীশিং?

হেলোয় : শোয়দ্রবনি শোযদ্রবা।

কত্তন : অদুদি করি উপায় লৌরি।

হেলোয় : ব্রাবীরুনু ইবুংঙো। থৌবী কোঙ্গোই য়াইওইবগা থেঙ্গুসিগা পুবিবো অদুগা ঙসি অহিংসিমগা যূমদুদা লেকপীরো। যূম্বুদুনা লৌগে তৌবদা থৌবীসিনা পুল্লগা, থেঙ্গুসিনা ফুনি মতমদুদা হামেংদু ফংগনি।

কত্তন : ফংবু ফংলদি ফৈ নৎত্রবদি লীৎফম লৈত্রবনি হেক্তা চাগদবনি হন্দক্তি।

হেলোয় : হিঃ হিঃ নত্তে নত্তে হান্না অমুক্তা চৎপিরুবো ইবুংঙো।

**[ম্যুজিক]**

## শুবা মচাং

*[ যূমদোমপোক্কী যূমদুদা হল্লকপা]*

কত্তন : ইতাও হো ইতাও ঐ অমুক লাক্লে।

নুপা : হায়মা ইতাও অমুক লাক্লে। হায় নুপী ইতাও লাক্লে থোক্লকউনে।

নুপী : হায়মা তাদা লাক্লে নুংঙাইরেদা। হন্দমুক্তি করি পুরকই?

কত্তন : *থৌবী কোঙ্গোই য়াইওইবগা থেঙ্গু য়াইওইবগা পুবকপনি কদায়দা থমসিগে ইচন।*

নুপী : তাদা সিদা থম্বীবো। সিদা, উপুগী মথকসিদা।

নুপা : যাবে য়াবে, ইতাও ইবানি থমহৌবগে। ইতাওগী চান-থক্লবা, তূমফম হিপফম অমুক্তা শেমলুবো।

নুপী : ফনি হোৎনজকবগে।

নুপা : ইতাও হাউববসু হাউত্রবসু চাক চখোম অমতং চাবগা পোত্থানবা তৌবসি।

কত্তন : ফনি ইতাও। [ *নুংঙাইনা তূমথখিবা, নাখোকপগী মখোল তাবা* ]

নুপী : নুপা [*লোন্না*] নুপা নঙবু হৌগৎলো। তূমলিঙৈসিদা অমুক্তা ওম্থোক্লহৌসে। ঐখোয়গী থৌবীদুগা, থেঙ্গুগা কদাযদা লৈখ্রগে।

নুপা : ঐ থিবক্কে। থৌবীদো শঙ্গোন্দা লৈখিবনি থেঙ্গুদু ফুংনাক মপান্দা লৈবমগনি পুথোবকউ।

নুপী : সে সে নুপা।

নুপা : কদায ওম্থোকঅসি, চপ মান্ননা ওম্থোকসিকো।

নুপী-নুপা : [ *থৌবীনা পুল্লকই* ] হৈমা হৈমা থৌবীসিনা পুল্লেনে।

নুপী : নুপা কমদৌনি সিদি।

নুপা : হায নঙদা নত্তে ঐসু ক্রক-ক্রক লাকশিল্লক্কে [*ফুবগী মখোল* ] অযো: যো: যো: অযো' অস নুপী ফুবেনেসিদি।

নুপী : নুপা, ও: কোক কাযবে। নুপা আ: আ: [*কপ্পি*]

নুপা : নুপী কবিনো শুংলেপ লেপত্রে। কমায তৌনি অযো অযোনে।

নুপা : কৌদনা, নঙনা হাযদনা লৌহৌবা নৎত্রা হামেংদো।

নুপী : নঙদি নুংঙাইবা যাওদেহে? ঐঙোন্দা লোযনা তায়নবদনা অয়ো অয়ো অস। হেক্তা কৌবগে; হো তাদা, তাদা নঙবু তাব্রা, ঐখোযনিবু শিদৌবেমি অমুক্তা খাম্বিয়ো।

কত্তন : নবানি ফুববোইবে। খবা খবা ফুহল্লু ঐ হৌগৎপা তল্লে।

নুপা : ইতাও তল্লনু কৈদৌবগে। ঐখোয অমুক্তদি কনবীযো।

কত্তন : লৌখোদনা। সনাথোকপা যাইওইবা হামেং পাল্লবদি অদু ঙাযদনা ফু ফু খবগা ফু।

নুপা : ইতাও লাঞ্জবে। ফুবসিদদি অমুক্তা তোকহনবিযু।

নুপী : পাম্মন্দুনা লৌকববনি লাঞ্জবে তাদা অমুক্তা খাম্বিযু।

কত্তন : হায হায থেঙ্গু যাইওইবা থৌবী কোঙ্গোই যাইওইবা নহনফমদা হল্লো নতেফমদা তেবো হুম: হুম: হুম:

নুপা : অযো: যো: যো: শাউবিবনু ইতাও, ইতাওগী হামেংদু পীজবগে। হায নুপী ইতাওগী হামেংদো লৌথোকউচো।

নুপী : অযো য়ো: যো: লেঙবগা অমত্তা যাদ্রে ঐবু কবিনুংগীনো?

নুপা : [*শাউনীংনা*] হায ঙাওদুনা লৈবনু।

নুপী : হোয হোয, তাদা সিদা লৈবে লৌশিনবীবো।

কত্তন : ইতাওগা ইচনগা খবা ব্রাথ্রমানে। থেঙ্গুসিগা থৌবীসিগদি পাম্বিদ্রেকো। হামেংসিদি ঐ পুজবগে।

নুপা : তাদা লোইনমক পুবিগ্রো। ওকচবে লোইনা ওকচবে।

[মৃ্যজিক]

# ৮শুবা মচাং

[ কত্তন্না ময়ূমদা হল্লকপা ]

কত্তন : [হবাউনা] ইমা হো ইমা থোবকও। হামেং যাইওইবা পুবকএ।

মমা : অমুক কবি তৌবে। নাতে চাবা থবক অমত্তা তৌবোইদবনি হামেং অমদুসু শিকম নাকম লৈবে অমসু অমুক ফুবগে হায়ব্রা।

কত্তন : নত্তে ইমা! হন্দকমুক্তি অশেংবনি হেলোযশিং অদুনা গাবকপা অশেংবা হামেংদুনি পুবকইসি।

মমা : কত্তন নঙনা তাযবা ব্রাসে ঐ শুকথা হেক থাজদে।

কত্তন : হন্দকমুক্তি শোযদনা থোক্লগদবনি ইমা। যেংবিযুকো ইমা "সনা থোকউ লুপা থোকউহে হামেং য়াইওইবা গুকগী যাথংনি থোক্তবা যাদে থোকউ গুকগী যাথংনি ঔং সু: ঔং সু: ঔং সু:" [শেং শেং কল্লি]

মমা : [হবাটৈবা] থোকএ! থোকএ! সনা থোকএ, লুপাসু লুপাসু থোকএ। ইমাগী ইবুংঙো সিদি কমদৌবিবা জাৎনো ঐদি পুমঙক ঙকএ। ইমাদা অমুক্তা ফজনা তম্মু।

কত্তন : ইমানা পীবিবা তল তবেৎতু নচা কত্তন ঐনা ব্রাবদুনা পুখ্রি মপানগী খোঙনাং মখোঙদা চাগে তৌরনিমা। মতমদুদা হেলোয তবেৎ ঈকজদুনা লৈবন্নি, ঐনা তবেৎ তবেৎ পনবদুদা মখোযনি খন্দুনা চাবীগনু পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইনা লেনবা যাবা থোকউদা থোকপা হামেং যাইওইবসি পুবিখো হাযদুনা পীবক্লিবনি।

মমা : হেলোযশিং অদুদি কৈসু তৌরকওইকো ইবুংঙো।

কত্তন : কৈসু তৌবকওই, য়াম ফবনি মহোযদি, মহোয়না খল্লিবু পুথ্রী অদু ঐগীনি শিনিমা।

মমা : চুম্মি। হেলোযশিংদি ফজবা যাম্না পাম্বনি। হৈকোল-লৈকোল ওইনা ফজনা লৈবদুদা পামদুনা লাক্লিবনি।

কত্তন : অকোনবগী কবোক খোইদুম তবেৎ পুবগা চৎপদুদসু, যেংঙু তু' থৌবী কোঙ্গোই যাইওইবগা থেঙ্গু যাইওইবগা পীবক্লিবসিনি ইমা। মসিদিনে হূবানবগা অমত্তা চঙবা ঙমলোযদৌবিবনি। পোৎ অমতং পাযকুবদা পুল্লগা হেক্কা ফুগদৌবিবনি।

মমা : ঙাযখো নুপামচা অহানবগী হামেংদুনা কবম্না ওম্ভোকখ্রিবনো।

কত্তন : ঐনা লেক্লুবা যূমদুগী মতৈ মনাওদুনা ওম্ভোক্লিবনি। থৌবী কোঙ্গোই অসিগা থেঙ্গুগনা ফুবদগী অমুক পীবক্লির্বনি। ইমা হৌজিক্তি নুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈবিবো। অব্রাৎ-অপা পূম্নমক হামেংসিনা লোইনা পীবদবনি।

মমা : সিনিদনা মচা লৈবগী নুংঙইবা হাযবদো। অতনবগীসু লাইবক্লা তম্বা অমদি লৈবম্মিদনা।

--( )--

# পাতালগী নিংথৌ

(লীলা মচা)



য়াওগদবা শক্তমশিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | গুরু ঋভু | - | চহী ৬০ |
| ২। | নিদাঘ (মধু)<br>অসুব নিংথৌগী মচা | - | চহী ১৫ |
| ৩। | অসুব নিংথৌবেল | - | চহী ৪০ |
| ৪। | পকবা ১ | | চহী ১১ |
| ৫। | পকব্রা ২ | - | চহী ১১ |

## পাতালগী নিংথৌ




### ১মা মতাং

*[মহর্ষি ঋভুগী আশ্রমদা হোম যজ্ঞ তৌবগী পোৎশেল তৌ।]*

পরুবা ১ : গুরুদেব যজ্ঞগী সমিধা ওইনবা শীং, হৈনৌ, পাঙ্গোং হৈবোং পাম্বীশিং অসি অকংবা মশা ইযাও য়াওদ্রে। করম তৌগনি গুরুদেব।

ঋভু : শুকলৈমক লৈত্রবরনে হ্য?

পরুবা ১ : নোংমা নীনিগীদি লৈরি গুরুদেব। অদু গুরুদেব ...।

গুরু : হায়য়ুনে, হায়য়ুনে'

পরুবা ১ : গুরুদেবনা য়াবিবর্বদি ইপা নিংথৌদগী পুম্নমক পুবিরকউ হায়খিবদা হেক্তমক পুরক্কনি গুরুদেব।

গুরু : মদুদি যাদেনে শান্ত। অদুবু ফৈ, নহাক্না ঐগী অয়াবা য়াওদনা পুরক্তবা অসি গুরুদা নমথাক তৌদ্রিবনি।

পরুবা : গুরুদেব।

ঋভু : য়েংউ ইচাশা নখোয় লোয়না খঙলিবদুনি। ইপাদি মাঙোন্দগী লেম্না লৌদুনা হিংবা হায়বদু পামদে। ঐনা লৌগে হায়ববদি অচৌ অচৌবা নিংথৌবেল কয়ানা সনা-লুপা কয়া কয়া পীগে হায়্যদিবনি। ইপানা গুপ্নগী মখোয়দগী যজ্ঞগী শীং ওইনবা শীংবুল অমমতা লৌরিবসিনি।

পরুবা ১ : গুরুদেবগী য়াথংবু ফংলবদি ননাই ঐহাকসু ইপা নিংথৌদগী সনা-লুপা ফৌ-চেং লৌজরুগে গুরুদেব।

ঋভু : নত্তে ইচাশা নখোয়বু থবক শূদুনা লৌউ-শিংউ তৌবসিবু বারব্রনে?

পকুৱা : ৱাজদে গুরুদেব। চুম্না... গুরুদেবনা যাবিববদি হায়জবনি।

খাভু : অদুনি থবক শূবগা হকচাংসু ৱাখলসু কযাদা নুংঙাইবিবা। লানগী খূৎশু-খুৎলায বেদ-শাস্ত্র খঙবা সিখক্তনা মীওইবা অমগী মথৌ নত্তে। ইশানা উজদুনা ইশানা চাজবা নুংঙাইত্রনে ইচাশা। অদুগী মথক্তা দেবতাশিংনসু থৌজালবীবি অদুনা মতম চানা নোং চুবি নোংজু নুংশা চাং নাইবি অসিদবু ঐখোযনা কবি বানীংঙাই লৈবিবগে।

পকুৱা : অহোয গুরুদেব। নহান ঐনা থাখিবা কোবিগী ফৈদোম অদু লোযনমক ফুল তাদুনা মপূং ফাহৌবে যেংবদা যাম্না ফজহৌবে।

২বা : গুরুদেব ঐনা থাজবা হৈনৌ পাম্বী অদু হন্দক্তি মপাল লাক্কদৌবে অদুগা অনেম্বা নীংথম লৈবাংশিং অদুসু ফজনা লৈশাৎ তমহৌবে।

খাভু : অদুনি অদুনি। ৱাখলদা নুংঙাইবা পীদুনা ফজহল্লিবা। অদুদসু নত্তে ফৌ গেহু পৈদুনা লৈবি, মনা-মশিং মযাম অমা থাবি, শঙ্গোম হায়বে ষনবীশিং অসিদগী মবাং কাযনা ফংলি। হিংবদা চঙদবা যাদ্রবা পোৎশিং অসি লৈনা লৈনা ঐখোযনা কবিগীদমক নিংথৌবেলশিংগী মফমদগী খুদোল তৌবকপা পোৎ লৌগদৌবিবনো।

পকুৱা : মানি গুরুদেব সনা-লুপাদি চাবা যাবা পোৎ নত্তে। চানবা পোৎশিং অসি লৈববদি পুক্সিদা নুংঙাইনা হিংবা ঙমগনি।

খাভু : অদুনি শূ-নোম্বা তনবা যাদে মদুগী মথক্তা জ্ঞান লৌশিং তানশিনগদবনি।

পকুৱা : খঙজবে গুরুদেব। অদুদি গুরুদেব যজ্ঞগী শীংশিং অসি খবা লাপ্না থিজকখিগে।

ঋভু : য়াম্না লাপ্না চৎলুবগনু ইচাশা। নুমিৎসু থেংজিল্লক্লে অদুগী শকক ইংখোল ঈশিং চাইরুবো ষনগী সেবাগী থৌবাং তৌকবো। যজ্ঞগী শীংগীদমক্তি কবিসু থোইনা ৱাক্নবনু। হযেং যৌববদি অকংবা খবসু যাওবক্লনি অদুগা অতোপ্পা অনৌবা ছাত্র পকৃৱা হযেং হেক লাকপা যাওববদি যজ্ঞগী সমিধা ওইনবা শীংদি অদুমক মপুবক্কনি।

পকৃৱা : গুরুদেব।

[ম্যূজিক]

## ২শুবা মচাং

[*হান্নগী মফম, উচেক ৱাযা, ষননচিংবগী মখোল*]

পকৃৱা : গুরুদেব অনৌবা পকৃৱা অমা লাক্লে। যজ্ঞগী শীংসু পুবক্লি।

গুরু : কদায কদায। নহাক্লা ইবুংঙো নমিংনা কবি কৌবা, কবম্বা শাগৈদা পোকপনো?

নিদাঘ : ননাই ঐগী ইমিং নিদাঘ কৌজে, ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকচবনি। ইপাগী মফমদগী ইহৈ তমজবা লোযজবে। হৌজিক অমুক অৱাংবা থাক্কী শিক্ষা ফংজনীংবদগী গুরুদেবগী মফমদা চঙজবকপনি।

গুরু : [*যানীংদনা*] হুম: ইপানা যেংবদদি নহাক অসি নিংথৌকোনগী পাখং অমা ওইফম থোকই। নহাক্কী তোংতর্ক তৌবা লাইবক অসিনা তাক্লিবদি লোইনা খম্বা নাইববোইদবা লনগী মপু ওইগনি হাযর্বাসিনি। অদুবু ফবে হাযযু নহাক কবম্বা মখলগী মহৈনা হেন্না খোয়দাবগে।

পরুঝা : [*চীংনবা নমহত্তুনা*] গুরুদেবনা তাকপীবা পূম্বা অচুম্বনি। ননাই ঐহাক ব্রাহ্মণ ওইজরবসু নিংথৌ ওইবসি পামজে। অদুনা গুরুদেব বেদ-শাস্ত্র তম্বগী মহুত্তা খুৎশু-খুৎলায়গী বিদ্যা তম্বনা হেন্না খোয়দাজে।

গুরুদেব : ফরে ফরে। অদুবু নিদাঘ নহাক নহে তম্বা হৌদ্রিঙৈদা ব্রাশক অমদি তৌবা তাই।

নিদাঘ : গুরুদেব য়াথং পূম্বা ইকোক থোংনা য়াজগনি।

গুরু : অদুদি ইপানা হায়গে নহাক খুমলকউকো

*'গুরুদগী তম্লকপা ইহৈবু মীয়ামগী কান্নবগীদমক শীজিন্নগনি।'*

নিদাঘ : *'গুরুদগী তম্লকপা ইহৈবু মীয়ামগী কান্নবগীদমক শীজিন্নগনি।'*

গুরু : *পাপকী লম্বেলদা চঙশিল্লগে হায়না হেক খল্লকপা মতমদুদা তমজবকপা ইহৈ পূম্বা ময়াই চমখিবা ওইসনু*

নিদাঘ : *পাপকী লম্বেলদা চঙশিল্লগে হায়না হেক খল্লকপা মতমদুদা তমজরকপা ইহৈ পূম্বা ময়াই চমখিবা ওইসনু*

গুরু : *গুরুগী মফমদা কৈদৌঙৈদসু নমথাক তৌজরোই।*

নিদাঘ : *গুরুগী মফমদা কৈদৌঙৈদসু নমথাক তৌজরোই।*

গুরু : ফবে হৌজিক্তি নমান্নবশিংগা লোয়ননা থবক খূদিংমক তৌমিন্নবা হৌরো। ইপানা, নঙনা তম্মীংলিবা নহৈ অদুসু তাকপীবা হৌরগনি।

**[ম্যুজিক]**

# চণ্ডবা মচাং

*[হান্নগী মফম, চাকথোংফম ওইবা আশ্রমগী মফমনি]*

পকব্রা ১ : নিদাঘ অসি লাকপসু কুইদ্রিবনি অদুবু কযা থুনা হৈবিবনো। মহাকসি মবুদ্ধি মবৌশিং যাম্না ফবা জাৎনি।

২বা : চুপ্মি। মহাক্কী তোঙানবা গুণ খবদি লৈ। ঐখোয়না মতম্ শাংনা চণ্ডবা অদু মহাক্তি অতেনবা মতমদা ঙাইহাক্তংদা খঙবা ঙম্মী। গুরুনসু মহাকপু কযা সাল্লিবা। ঐখোযসু মহাক্কুম্না বুদ্ধি অসি ফববদি কথাদা নুংঙাইগনি।

১বা : ঐখোযসু কন্না হোৎনববদি শোয়দনা ঙমগনিদা। অদু ঙসিদি গুরু খুরুমজবা নুমিৎ গুরুপর্ব্বসু থোক্লি। নিদাঘতুবু কদাযদা চৎখ্রিবনো মহাক্কী ঙসি চাক থোংবগী পাল্লী তাবমগনি।

২বা : এ:এ: হাযবিঙৈদা লাকপু লাক্লে। নিদাঘ ঙসিদি নহাক্কী পাল্লী ওইবমগনি অদুগা গুরু পর্ব্বসু ঙসিনি।

নিদাঘ : মব্দপ ঐপু খঙজৈ অদুনা চাক থোংনবগীদমক লাকচবিব্বনি।

১ বা . যেংঙো নিদাঘ ঐখোয সিন্ধু তুবেলদা ঈরুজবগা থুনা লাক্লে। নহাক চাক থোংবা লোইশিল্লম্লো।

নিদাঘ : নখোযদুম থুনা লাকউ ঐদি মীকুপ্পদা থোংবা লোইরগ দৌ'বনা।

২বা : নঙদা লোইশিল্লম্লো গুরু পূজা পেংখিনি ঐখোয চৎলে। *[ছাত্রশিং চৎখি]*

নিদাঘ : [*ব্রাখল হোংগি ফত্তবা ব্রাখল লাকই*] উম! ঙসিদি গুরুপৰ্ব্ব গুরু খুরুমজবা নুমিৎ থোক্লবা। ফৈ ' ঙসিগী নুমিৎ অসিদা ঐগী গুরু ওইবিবা আচার্য্য ঋভুগী মিংচৎ থীনবা থবক অমা তৌবা ঙম্লবদি কযাদা নুংঙাইগবা। দেবতাশিং অমদি নিংথৌশিংসিনা মাবু শাউনবা শীলহৌদবা যাদে। ইপাগী যাথং...

[*ফ্লাশ বেক*]

[*হৌখিবা থৌদোক নীংশিংবা*]

অসুব নিংথৌ : ইপাগী ইবুংঙো মধু।

মধু : কবি তাকপীগদবা ইপাবুংঙো।

নিংথৌ : ইপাগী আশা পূম্নমক নঙোন্দা থল্লিবনি।

মধু : নচাগী কবি অশোযবা, তাকপীযু।

নিংথৌ : নত্তে নত্তে ইচাদি হেন্দোক্না মীথোই মীহেল্লবনি। মসিগী মথক্তা ইপানা থৌদাং অমত্তংগা পাঙথোক হন্নীংঙি। মদুনা মচানুপা পোকপগী অফবা ফল পুণ্য হাযবদু ফংগদৌবিবনি।

মধু : তাকপীযু ইপাবুংঙো।

নিংথৌ : সিন্ধু তুবেল তোৰ্ব্বানগী আশ্রমদা লৈবিবা মহর্ষি ঋভু অসিনা অসুব জাতি ঐখোযদা যৈখাযবা পীবি। দেবাতাশিং অসিবুদি ইপা কবিসু ওইনা খল্লুদে, অসুব ঐখোযগী পাঙ্গল শক্তি অমদি অবোন-অথুপকী বিদ্যাদা মখোযনা খাঙগদবা কদাযদনো।

মধু : অদুদা ইপা ইবুংঙো মহর্ষি ঋভুনা কবম্না অসুবশিংদা যৈখাযবা পীবিবনো?

নিংথৌ : মুনি-ঋষিশিং অসিবু দেবতাশিং অসিনা থোইদোক্লা ইকায় খুম্নে। মুনি-ঋষিশিং অসিদগী অমুক মগুণ লৈবা পুম্নমক্কী মকোক থোংনা মহর্ষি ঋভুনা লৈদো। অদুনা মাগী আশ্রমদা মতম চানা নোং চুরি, নুংশিৎ কৌবা লাইনা ঈংনা হুমদুনা আশ্রম অসিগী শিষ্যশিংবু চোকথবা লৈহন্দে। মৈ কৌবা লাইনসু যজ্ঞদা কৎলকপা হোমগী পোৎলম খুদিংমক হকথেংননা লৌরি। অদুদদি মুনি-ঋষিশিংঅসিসু লাইনীং পরে চেৎপা অসুম হেনগৎলক্লি অদুম্না মখোয় মশেল অমত্তা ওইখ্রেদনা। অদুনা ইপাগী মধু, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি দেবতাশিং অসিনা অসুর ঐখোয়বু শোয়দনা মায়থীবা পীরখিনি।

মধু : দেবতাশিংবু নচা ঐনা শোয়দনা মায়থীবা পীজগে নচাগী পাঙ্গল য়েংবীয়ু।

নিংথৌ : মদু হেক য়ারোই, ইপাগী মধু। দেবতাশিংবু মায়থিবা পীবা হায়বসি মহর্ষি ঋভুবু মরায় চায়থহল্লবা মতমদতা ওইগদবনি। মহর্ষি ঋভুদি বেদ-শাস্ত্রদা নত্তনা খুৎশু-খুৎলাই হৈবদসু মপা লৈতবনি অদুগা নিংথৌরেল কয়াগী মচাসু মহাক্লা বিদ্যা তশ্বীরিবনি। মহাকপু নমথনবা হোৎনবা হায়বসি কয়াদা লুরিবনো।

মধু : [*ব্রাখল অমা লাকপা* ] অদুদি ইপা'বুংঙো নচা মধু মহাক্কী আশ্রমদা ইহৈ তম্বা চৎচরগে। মহাক্কী মনাক নক্লা লৈরগা মাঙননবা শীল্লগে।

নিংথৌ : অসুর নিংথৌরেলগী মচানি হায়রবদি কদায়দগী য়াগনি।

মধু : মদু নচা খঙজে। অরোন অথুপ মহৈ হৈরবা অসুর ঐখোয়নবু, ব্রাহ্মণ মচা শাদুনা চৎখ্রগা লোইরেদনা ইপাবুংঙো। [*পোংলপ হায়* ]

নিংথৌ : [*হরাউনা*] কয়াদা নুংঙাইরবা ঐগী ইচানি হায়বদা কয়াদা চাউথোকচনীংঙাই ওইরিবা। চৎলো ইপাগী মধু মঙ্গোল ওইয়ু শোয়দনা মায় পাকপা ঙমজৌ, ইপানা বর পীরবনি।

[*হান্নগী থৌদোক.নীংশিংবা লোইবা*]

নিদাঘ : [*হান্নগী মখা*] অদুদি করি তৌসিগে। উম! লৈরে উপায় লৈরে রাক্ষস-বিদ্যা শীজিন্নদুনা মীৎনা কৃপ্পদা চাক ইনশাং পূন্বা থোংবা লোইশিল্লগে অদুগা সিন্ধু তুরেলদা ঈরুবা চৎপ্রিবা মখোয়বু শর্ত অমা তৌনদুনা মাঙহন্নবা হোৎনগে। হা: হা: হা: কয়াদা নুংঙাইববা ঐগী থৌরাং মহৈ য়াল্লনি।

[ম্যুজিক]

## ৪শুবা মচাং

[*সিন্ধু তুরেল মপান্নি, ঈশিং চেনবগী মখোল পীবা য়াই*]

১বা পরুৱা : হৈমা হৈমা কৈদৌরে নিদাঘ চাক থোংউ হায়রগা লাক্লবদি থোংলরোই হায়রিব্রা ?

নিদাঘ : নখোয়না নপুন্সিদা অমুক্তা চাবা ফংদ্রিবা ইঞ্চাং মথেল কয়ামকম থোংবা লোইবগা লাক্লিবনি।

২বা : ফাগী তৌনু মরূপ অসুক থুনা লোইবা হৌনদে।

নিদাঘ : থাজদ্রগা য়েংলুসি। ঐনা চুমলেদনা নখোয় লোয়নমক সিন্ধু তুরেলগী ঈচেলদা লংথবা, করিগুম্বা লাল্লম্বা তারগনা নখোয়না ঐবু লংথবা। মসিগী শর্তসি তৌসি য়াব্রা?

পরুবা : য়াই য়াই। মাগীসি ফাগিনি, ফাগি তৌরিবনি মরূপশা লাক্লো নিদাঘ ঐখোয় অনী য়েংলুরসি।

২বা : থুনা লাকউকো ঐখোয় ঙাইরমগে। মরূপ য়েংঙু নিদাঘসে মথৌনা লৈবা, লৌশিং শিংবদা নওনা ফাগিসু তৌগল্লিকো। অদুক য়াম্বা চাক ইঙ্খ্রংদুবু অসুক থুনা লোই-কাইদনা। হৈমা! লাক্লেনে ঙন্নজাংলা।

নিদাঘ : [*নিদাঘনা ঙাঙ ঙাঙদুনা লাকই*] ঐনা চুন্নেদনা চুমদ্রো। মরূপশা নখোয় লোইনমক হৌজিক সিন্ধু তুরেলগী ঈরোম্নুংদা চোংথবা তারেদো। মণি মুক্তা য়াম্না য়াম্না খুল্লকউ। মরূপশা কনা হান্না লংথৌগে হায়বো হায়রো, মরূপ শান্ত নঙ হান্না চংকেরো।

পরুবা : নত্তে নত্তে মরূপ অমুক্তা ঙায়খো। ঐখোয় য়াম্না কিরে। মরূপকিসে ঐখোয় পুমঙক ঙক্লে। ঐখোয়দি ফাগিনি হায়দুনা খল্লুবনি। মরূপ ঐখোয়বু অমুক্তা ঙাকপিয়ু।

নিদাঘ : য়াদে য়াদে নুপামচা ওইরগা হায়নথিবা ৰা ঙাক্ত্রবদি পাংদবনি মীকিথিনি। শিবসু কিরিমানেনে। লাকও মরূপ নঙ হান্না চংলো। জয় গুরুদেব [*লাউই*]

পরুবা : মরূপ ... মরূপ [*কিনা*]

১বা : [*তুমিন্না*] হাইস! করিনো তৌরিসিদে। মাঙবা তারে গুরুদেব তাক্লুদবা য়াদে, ঐ তুমিন্না চেনখ্রগে।

নিদাঘ : লাকও মরূপশা নখোয়সু মথং মথং চোংথরগদবনি। লাকও করিগী কিনি...।

গুরু : [ *চেন্না চেন্না লাউদুনা লাকই*] ঙায়খো নিদাঘ। হিংচা য়াইতম্বনা চংকদবা অতোনবা লীচং করিগী চংলি। যোগগী পাম্বৈনা ঐ পুন্নমক খঙলবনি ঙাযখো ...। কদায় ইচাশিং কদায় উম: 'ওঁ গঙ্গাদেবায় নমঃ'

হিস! মখোয় লোইনমক জ্ঞান মাঙলেদনা সিদি। হায়য়ু নিদাঘ নহাক গুরুদা মীনল্লেদনা। অদুগুৈ আশ্রম অসিদা নহে তম্নবগীদমক অহানবা লাকপা নুমিৎতা ইমাঙদা শকখিবা ব্রাশক নীংশিংদ্রে?

নিদাঘ : গুরুদেব ননাই ঐহাক্তি লাঞ্জদে। য়ানখিবগী মতুংইন্না মখোয়বু ঈশিংদা লংথবনি। করিগুম্বা মখোয়না চুল্লবা ঐনা লানবা ওইরগনা ঐবু শোয়দনা লংথরমগনি।

গুরু : হা: হা: ব্রাহ্মণ শাদুনা গুরুদা মীনল্লবা! অসুর শাগৈগী মধু। নঙগী অরোন-অথুপকী বিদ্যানা পুম্নমক অসি মাঙনবা শীনবা নৎত্রা? অদুদি হৌজিক্তি নহাক্কী বিদ্যাগী চাংয়েং তৌজৌ? নঙনা ঐঙোন্দগী খুৎশু-খুৎলায় বিদ্যা পুম্বা নীংথিনা তম্লে নৎত্রা? অদুদি লীরুং তেনসি লৌ তেঙ্গা থোংদুনা আদগী কদম্ব পাম্বী অসিদগী মনা অমখক্তং ককপা ঙমব্রা য়েংউ।

নিদাঘ : ননাই শোয়দনা ককচগনি। জয় গুরুদেব .. [*যাম্না নীংবা কায়না*] ও মথক্তা অতিয়ারোমদা পাইখ্রে।

গুরু : অমুক্কসু য়েংউ।

নিদাঘ : জয় গুরুদেব। ওঃ অমুকসু অদুদি ঐ মায়থিরে গুরুদেব; হায়বিয়ু অসুর শাগৈদা পোকপা মীশক অমতনা অদোমগী বিদ্যা অসি ফংবগী হক লৈতব্রা ?

গুরু : করিগী লৈতনি। অসুরশিংনা দেবতাশিংদগী করিগুম্বা হীরম অমতদা হন্থবা নত্তে। নপাঙ্গল কল্লি, নরৌশিং লৈ অদুবু লৌনম-লৌথুপকী লীচৎ অসিনা নখোয়বু লম্মুক্কহল্লিবনি। মপুং ফানা হৈরবা বিদ্যা অসিমক লৌনম লীচৎনা মাঙওইনদুনা ব্রাশক ঙাক্তুবদগী অকাও-পরৈনরে নৎত্রা ? হায়য়ুনে নহাকপু অসুর শাগৈগী মৈতাল অরাবা অসুর নিংথৌরেলগী মচা মধু নৎত্রা?

নিদাঘ : গুরুদেব ননাই ঐ লাঞ্জরে ঐবু ঙাকপীযু।

গুরু : কিনু মধু নহাক ঐগী শিষ্যনি গুরুনা শিষ্যদা শাপ খক তৌদে। অদুবু নহাক ব্রাশক ঙাক্তবগী চৈবাক্তি শোযদনা ফংফম থোকই।

নিদাঘ : কবন্বা চৈবাক্লো গুরুদেব?

গুরু : হাযযু নহাক কবন্বা মহৈ হৈনীংবগে হাযবদি অসুবশিংগী লৌনম নমথাক্কী মহৈ নৎত্রগা দেবতাশিংগী মহৈ অপান্বা অমা খল্লো।

নিদাঘ : ননাই ঐ! ননাই ঐ !

গুরু : নহাক খনফম খঙদ্রে। নপানাৎ নপুনাৎকী বিদ্যাবুনা থাদোকপা ঙমদবা দেবতাশিংগী মহৈবুনা মিহৌবা। নৎত্রা হাযযু?

মধু : [*গুরু অমদি কিনা*] গুরুদেব কবিনো ননাই ঐবু লৈনুংদা অসুম! লৈনুংদা চঙখ্রে। সিবু ননাইবু শিবা তাবব্রা গুরুদেব।

গুরু : কিগনু মধু নঙ শিবোই। ঐনা নঙোন্দা বিদ্যা অনীমক পীববনি। অদুবু নহাক মালেম লৈমাযথক অসিদদি লৈবা যাববোই। ঐনা তম্বীখিবা খূৎশু-খূৎলাইগী বিদ্যানা তাইবংপানগী জীবশিংদা অৱাবা পীদনবা নহাক চৎলো; পাতাল লৈবাক্কী নিংথৌ ওইকবো।

মধু : গুরুদেব ।

**[ম্যুজিক]**

--( )--

# চন্দ্রকংনান

( শক্তম— ব্রারী লীবা অমদি লীলা )





**য়াওগদবা শক্তমশিং :**

**ব্বারী :**

| | | |
|---|---|---|
| মবোক | - | চহী ৭০ |
| মশূ | - | চহী ৭ |

**লীলা :**

| | | |
|---|---|---|
| মপুবোক | - | চহী ৬০ |
| চন্দ্রকংনান | - | চহী ১৮ |
| নিংথৌ | - | চহী ৩৫ |
| মমান্নবা | - | চহী ১৮ |
| ঙানুলৈমা (সোবাবেলগী মচানুপী | - | চহী ১৭ |
| শবীলৈমা (সোবাবেলগী মচানুপী) | - | চহী ১৬ |

# চন্দ্রকংনান

[ম্যুজিক]

*[নুমিদাংগী মতমনি। যুম অমদা অঙাং কপ্পগী মখোল তায। চাক চাদনা তূমখিবদগী হৌদোকপদা কপ্পনি। মবোক্না থেমজিল্লি।]*

মবোক : কৈদৌবে ইশূ কপ্পদি? নমানা তূম্বগী ফুবি ওইবিনি সে সে তোকও বোবোক ব্রাবী লীবিগে। থাযনা থাযনা মমাঙৈঙেদা চন্দ্রকংনান কৌবা নুপামচা অমা লৈবোইবে। চন্দ্রকংনান্না অঙাং ওইবিঙৈদা মপা অসি শিগ্রবোইবে অদুনা মমা মচা অসি মমা পোকপা মপুবোক্না লৈবোইবে। মপুননে ইশূদি থা মাল্লি হাযদুনা চন্দ্র, থা হাযনা কৌবে।

অঙাং : চন্দ্র হাযদি থা?

মবোক : উম! চন্দ্র হাযদি থা কো। মমাগা মপুগননে ইশূদি মথন্তা পোকপনি হাযদুনা লুনা তৌদুননে পাখোল-ইখোলগা অমত্তা হাযদবদগী খবা তোনালবা অঙাং ওইববজাৎনি। অদুদগী মীনা মহাকপু চন্দ্রদা কৌবদগী চন্দ্রকংনান হাযনা খঙনবেদো। অদৈদি চন্দ্রকংনানসে চাউবে পাখং ব্রাই-ব্রাই ফাবক্লেদো।

অঙাং : ব্রাই-ব্রাই হাযদি কৈনো?

মবোক : ব্রাই-ব্রাই হাযদিনে পুংকক চাউবকপা নঙ ককামচা হোইগুম্বা। নোংমদি মমান্নবশিংনা চন্দ্রকংনানবু তুবেন্দা ঙা ফাবা চৎলুসি হাযনা হৌবিবেদো...

[ লীলা ]

[*ঙা ফাকসি হায়না চন্দ্রকংনানবু মমান্নবশিংনা হৌববা*]

মমান্নবা : ইতাউ চন্দ্রকংনান ! হো ইতাউ চন্দ্রকংনান অমুক্তা থোবকউ।

চন্দ্রকংনান : কবি হায়গে ইতাউ?

মমান্নবা : অদুবুবো, ঐখোয তুবেন্দা খোই চোপ্তুনা ঙা ফাবা চৎতৌবি। নঙসু চৎলুসি চৎনীংদ্রা?

চন্দ্রকংনান : চৎনীংঙি ইপুদা হায়বমখিগে।

মমান্নবা : অদুদি ঐ খোইচাক থীবমগে। নঙগী খোইজৈসু পুথোবক্লো।

চন্দ্রকংনান : উম পুথোবক্কে।

মমান্নবা : [*তপ্না শোল্লি*] মসিদা তিন যাম্না লৈবা মাল্লি। মসি খোত্তুনা যেংগে... উম যাম লৈবেনে।

চন্দ্র : [*থোবক্লগা হবাউনা*] চৎসি ইপুনা যাবে।

[*ঈশিং ঈচেলগী মখোল তাবকই, ঙা ফাবগী লাংবা*]

মমান্নবা : চন্দ্রকংনান থেংঙে চৎলসি। নঙগী ঙা কযাম ফাবে?

চন্দ্র : ঐদি ঙা অমফাও ফাদ্রি।

মমান্নবা : অদো ঐখোযদগী অমমম খাইবীবগে যূমদা চৎসে।

চন্দ্র : ইতাউ। নখোয কাবম্মো। ঐদি ইশানা ফাজবা অশেংবা ঙা অমত্তংদা ওইববসু ফাদ্রিমখৈ ঐ যূম হনখিবোই। ইপুদা খবা হায়বিবম্মু।

মমান্নবা : অদুদি চৎলগেকো।

চন্দ্র : ফনি ইতাউ... ঙা অমত্তা ফাব্রা যেংখিগে। হুম' কদাযদগী নম্লক্লিবা থম্বাল মনমনো ওম্থোক্লা নুংশিগ্রেদা [*ঙকপা*] আই' তুবেল মযাইদা তাউথবক্লিবা অসি থম্বাল নৎত্রা মচু অসিনা সনামচু' লোক্তুম লোক্লুগে। অস! মসিদি সনাগী থম্বালনিনে ঙা ফাদ্রবসু যাবে যূমদসুম হল্লগে।

[ ব্রারী ]

অঙাং : সনাগী থম্বাল? বোবোক মহোৎইদি য়াম নুংঙাইনিকো থম্বালদুদি কনাগী ওই?

মবোক : কনামত্তগী ওইদে। চন্দ্রকংনাননা "ইপুবোক সনাগী থম্বালসি লইদা কৎপিরো হায়দুনা মপুদা হেক পীরেদো। মপুননে থম্বালদু হেক উবদা মপুক্লীং শুঙ্কৎখ্রেদো। 'এ! মসিদি, মতিক লৈবা লৈনি নিংথৌদদুম কৎলুসি। ইনিংথৌনা পেনবীদুনা, মনা-মথুম পীরকপা অদুদুম ফংনবা তৌসি হায়না থমজিনখ্রেদো। নোংঙাল্লে ওন্তানা ঈরু মায়থজরে মফি মরোল নীংথিনা শেৎ-চারদুনা হবাউ-হবাউ কোনুং কারক্লেদো।

[ লীলা ]

মপু : খুরুমজবি ইনিংথৌ, নপু হনুবনা থম্বাল অসিমত্তং ইনিংথৌদা কৎচরি।

নিংথৌ : [*ঙকপা*] হাইস! সনাগী থম্বালনি অসিদি। ইপু নঙগী লৈ অসি কদায়দগী কবম্মা ফংলক্লিবনো ?

মপু : ইনিংথৌ ননাইগী ইশূ অমখক লৈজে। থম্বাল অসি মহাক্লা পুবকপনি। সনাগী থম্বাল ওইবসিদা ননাই ঐখোয়গী ইতিক চাদে ইনিংথৌদদুম কৎচগে খন্দুনা পুবকপনি।

নিংথৌ : ফরে ইপু। ইপুনা ঙসি পুবকপা অসিনা ঐগী ওইলগে। ঐগী মহারাণীগীদমক হয়েং, মসিগা চপ মান্নবা অমা পুবীবক্কদবনি। কবিগুম্বা ইপুনা পুবীরক্তবা থোক্লবদি নিংথৌগী চৈরাক, অঙাং ওনগদবনি ইপু।

[ ৱারী ]

অঙাং : অঙাং ওনবা হায়বু অঙাং শাদৌরিরো?

মবোক : হাত্তোক্কদৌরিবনিনে।

অঙাং : অস! ফত্তেবো অদৈদি শিরে?

মবোক : শিদে। থম্বাল অমুক থিদৌরিবনি। মপুবোক্না মথ্বায় নুংঙাইতনা লাকপদু উবদা মশূনুপানা করি তৌরে হংঙেদো। মপুবোক্না, ইবুংঙো মনা ফংব্রা হায়ববু অতোপ্পা অমগা হয়েং পুরক্ত্রবদি অঙাং ওনগনি হায়রকই করম তৌসিগে হায়রেদো। মশূনুপানা, ইপুবোক নুমিৎ তরেৎনি শুবদা পুজরক্কে অদু ফাওবদদি ঙাকপিয়ু হায়না ইনিংথৌদা খবা হাযবিরু হায়রেদো। নোংঙাল্লে মপুদুনা কোনুং কাখ্রেদো চন্দ্রকংনান্না তুরেলগী তুখুল ইন্দুনা অৱাং পাংনা অসুম চৎখৎখ্রেদো। চন্দ্রকংনানসে থোইবী ঙৌশ্রোক ঙৌরদনা, ৱাং-চাউরদনা মশক ফজখ্রজাৎনি। কুচুদুদা নুমিৎ তারমদায়গী মঙালদুনা য়েবদা য়াম্না হেন্না ফজরবা জাৎনি, সুম-সুম মানা লাকপসিদা হেলোয়শিংগী শান্নফম ঈকোল অমদা থুংলুরে।

অঙাং : ঈকোল হায়দি কৈনো বোবোক ?

মবোক : ঈকোল হায়দি পুখ্রীনে, থম্বালগা য়াম শাৎপা ফজবজাৎনি। পুখ্রীসিদনে সোরাবেনগী মচানুপী ঙানুলৈমা কৌবী মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবী অমা ঈরুদুনা লৈরম্বোইরে। লৈশাবী অসিনা চন্দ্রকংনান হেক উবদা অসুম্না হায়রকপোইরে।

[ লীলা ]

ঙানুলৈমা : ইবুংঙো, নহাকপু খোইয়ুম লাইরা নমু তাইবং মীরা? মফম অসিদনা করি থবক্কী লাকপীবা ওইরবনো?

চন্দ্রকংনান : ইবেম্মা, ঐদি তাইবং মীনি মিংনা চন্দ্রকংনান কৌই। সনাগী থম্বাল অমত্তং থিরকপনি অদুবু অশূকপা মফম অসিদা নথন্তা লৈরম্লিবা ইবেম্মা, নহাকপু কনানো?

ঙানুলৈমা : ঐদি লাই সোরাবেলগী মচানুপী ঙানুলৈমা হায়বীদুনি। ইবুংঙোগী সনাগী থম্বালদো ঐ পীজগে তৌবতবু ঐখোয অনী অশুম্বী শুমদবী শান্নসি। ইবুংঙোনা ঙম্লগা ঐবু তালোয ওইবীযু থম্বালসু কৎচগে ঙমদ্রবদি ঐগী মীনাই ওইবা তারে।

[ ব্রাবী ]

অঙাং : অশুম্বী শুমদবী হাযদি কৈনো বোবোক?

মবোক : অশুম্বী শুমদবী হাযবদিনে কৈ অনীগা য়েন কুনগা; কৈনা যেনশিংদো চাগদবগী হোৎনবা অদুগা য়েন্ননে থৎচিল্লগা কৈবু থিংবা। মদুগী মশান্ন মওং অদু অশুম্বী শুমদবী কৌই।

অঙাং : ও: ও: খঙঙে খঙঙে অদৈদি কমায় তৌরে ?

মবোক : চন্দ্রকংনান্না ঙানুলৈমবু ঙম্লে। অদুবু ঙানুলৈমননে মনাও নুপী অনী অমসু লৈরি মখোয় পূন্না নুপা অমত্তদা য়ুম পানমিন্নসি হায়না ব্রাশক্লখিবা লৈ মখোযবুসু অশুম্বী শুমদবী শান্নদুনা থোয়বীরুখো হাযবেদো।

অঙাং : অনীদুসু মানা ঙম্লা বোবোক ?

মবোক : ঙম্মী। চন্দ্রকংনান্না ঙমদুনা মনাওনুপী খুনুলৈমা অমদি শবীলৈমাবু মচে ঙানুলৈমগী মনাক্তা পুদুনা লাক্লেদো।

অঙাং : সনাগী থম্বালদি বোবোক ?

মবোক : মচিন-মনাও অসুম্না পূন্না মপা সোরারেন্দগী সনাগী থম্বাল নিজরে। অদুগা সনাগী থম্বালদুনে, হেল্লোয় অহুমদুনে পুরদুনা চন্দ্রকংনান য়ূমদা হল্লক্লে।

[ লীলা ]

মপু : ইশূ লাক্লেদনা কদায় কদায় সনাগী থম্বালদি ইপুদি য়াম্না ঋারবনি [*কপ্পি*]

চন্দ্রকংনান : ইপুবোক থম্বাল সিদা লৈরে। ইনিংথৌদা থম্বালসি কৎপিরুরো।

মপু : ইবেম্মা অহুমসিদি কনা কনানো?

চন্দ্রকংনান : সোরারেলগী মজাইবেম্মশিংনি। সনাগী থম্বালদু মখোয়না পীবিবনি ইপুবোক।

মপু : নুংঙাইবেদা সনাগী থম্বালদা নত্তনা মশক মতৌ ফজখ্রবী সোরারেলগী মজাইবেম্মশিংসু ইশূ ওইনা ফংলবকো।

[ ঋারী ]

অঙাং : হা হা ! নুংঙাইকো বোবোক । সিনা লোইরবা মখাদি?

বোবোক : অদুদগীদি সনাগী থম্বালদু পুরদুনা নিংথৌদা কৎলুরে। নিংথৌসিনা খল্লবোইরে। অসুক তাঙবা লৈ অসিবু ইবায় লায়না পুবক্লিবা অসি অচম্বা নত্তে অদুনা মশূনুপাদু য়েংগে পুরকউ হায়বক্লে।

অঙাং : থম্বাল অমুক নিদোইরো?

মবোক : হেন্না ঋাবা থবক অমুক পীদৌরিবনিনে। নোংঙাল্লে মশূ মপু কোনুং কারক্লে। নিংথৌনা চন্দ্রকংনানগী মমিং হংলেদো অদুগা করি হায়বক্কেবু...

[ লীলা ]

নিংথৌ : চন্দ্রকংনান নহাক নত্তিক-নগুণ লৈ হাযবা খঙলে। ঙসি অহিং পৃথ্বী অসিদা ফৌ শঙবাই অমা হৈথগনি। মদু হযেং মক অমত্তা ৱাত্তনা খূল্লগা পুবক্কদবনি। কবিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি অঙাং ওনগদবনি খঙলব্রা?

[ ৱাবী ]

মবোক : ৱা অসি তাবদা মশূ মপুদু চীনবান থক-খা খ্রক খ্রক কংলদুনা হল্লক্লেদো। ৱাফম সে ঙানুলৈমদা তল্লে, ঙানুলৈমনা তাবগা কবিমত্তা ৱাবিকুগনু মানা ফনবা শিঞ্জগে হাযবেদো।

[ লীলা ]

ঙানুলৈমা : হা ইপা সোবোবেন ঙসি কৌবা নোংজাদা নমোম্ম ওইবী ইফমদা ৱাইব খুবৌ চেনববু থোক্লে । নৃঙা এঙোন্দা ইতা ঙানু লৈমশীং থাবিবকউনে পঙ্খৌও।

[ ৱাবী ]

মবোক : অদুদগীদি ঙানুশিংদো লাক্লগা ঈশিংদগী ফৌদো লোইনা খুল্লে। নোংঙাল্লগা মশূ মপুনা নিংথৌদা কৎলবোইবে। অদুবু নিংথৌদুদি মবুক ফত্তবনিনা মসিনসু পেনদ্রেদো।

[ লীলা ]

নিংথৌ : ফবে হয়েংসু চাং যেংখিগনি। তেংপাক মবক অসিদা থোইদিং পোৎমা চাইখাইগনি মাদো মক অমত্তা ৱাৎতনা খূনগদবনি খঙলব্রা চন্দ্রকংনান! কবিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি অঙাং ওনগদবনি খঙঙু?

[ ৱাবী ]

মবোক : হন্দকমুক্লা কমদৌবা হাযদুননে মশূ মপুদু ৱানা মযূমদা হল্লক্লেদো। পাউ পূম্নমক খুনু লৈমাদা তল্লে। হন্দমুক্তি

মাগী থৌদাং ওইজগে হাযদননে মপা সোবাবেন্দগী মতা খুনু মযাম কৌথদুনা অহিং অদুদা লোইনা খুন্দোকলেদো। নোংঙাল্লগা মশূ মপু কোনুং কাবক্কুনা ইনিংথৌ থোইদিং হাযবদু মক অমত্তা য়াত্তনা খুঞ্জবে হাযনা হঙ্গৎলেনে।

অঙাং : মোযগী নুপীশিংদু যাম হৈবো।

মবোক : লাইনি অদুনা ঙল্লিবনি। অদুদগীদি নিংথৌসিনা খল্লে। মসিদি হাৎপা শুকযা যাবোইদৌবি হন্দকমুক্তি তশেংনা শি-নবা হেক্তা তৌবগে সিনিনে।

অঙাং : শামু ফাহনদোইবো?

মবোক : হিংনা মৈ থাগদৌবিবনি। অদুনা অফবা শাদুনা হাযবকলে।

[ লীলা ]

নিংথৌ : চন্দ্রকংনান নহাক যাম্না নতিক নগুণ লৈবা মীনি অদুনা অবোইবা ওইনা নঙবু চাংযেং অমা তৌখিনি। মদুদা নঙনা মায পাক্লবা লৈবাক অসি নঙোন্দা পীথোক্কনি।

চন্দ্রকংনান : ইনিংথৌ।

নিংথৌ : তাবো চন্দ্রকংনান হযেং অসি কোম অমা তৌগনি মথক্তা ফোপ হাগনি। ফোপ মখাদা নহাক লৈগদবনি। মথক্তা শীং হাপ্লগা ঘী থাউ হৈদুনা মৈ থাগনি মদুদা কাবিগুম্না শিদবা থোক্লবদি ঐগী লৈবাক অসি নঙোন্দা পীথোক্কনি।

চন্দ্রকংনান : ইনিংথৌ মদুতদি ঙাকপীযু।

নিংথৌ : নিংথৌ ঐদি হাযখিবা য়া লৈবাক তাফদে।

চন্দ্রকংনান : [ নথক্তা শোঞ্জবা ] ওহো ! ঐ হন্দকমুক্তি লীৎফম নত্রেদো।

[ ৱাবী ]

মবোক : অদুদগীদি চন্দ্রকংনানসে হাযফম খঙদনা ৱাবেদো। যাম্না ৱানা মযূম যৌবক্লে। মযূম হেক যৌবগা চন্দ্রকংনানসে ৱাষ্টুবোইবে। লৈমা অহুম চঙদুনা সেবা তৌবদগী জ্ঞান লাক্লে। শবী লৈমনা চন্দ্রকংনানদা হন্দক্কী অসিনা মাগী থৌদাং ওইজবগে হায়বকই। নুংদাং অথেংবদা মপা সোবাবেন্দা...

[ লীলা ]

শবীলৈমা : হা ইপা সোবাবেল
নচা লাংলেন অতোম্বী
শবী লৈমা কৌবীগী
থৌদাং থোক্লে হন্দক্তি।
ইতা শবী পূম্নমক
নমোম ঐগী ইকাদা
থাবিবকউনে ইপাও।

[ ৱাবী ]

মবোক : অদৈদি শবী মযাম অদুনা চন্দ্রকংনানগী মযূমদগীনা নিংথৌনা তৌবিবা কোম অদুগী মযায ফাওবা লৈচাক হোত্তুনা লৈখূল তৌবে, লৈবোল মচা অমত্তং খাক্তুনা থম্লেদো। শবী মযাম অদুনা ইতাবোই ঐখোয অম্মুক হঞ্জবগে হাযনা হনখ্রেদো।

অঙাং : বোবোক অহিংদনিনে মহোয তৌবিদো, অদৈদি কমায তৌরে?

মবোক : অদৈদি নোংঙাল্লে। কনাগী নিংথৌমনাই,লৈবাক মীযাম লোইনা হুপভুনা লাক্লে। চন্দ্রকংনান হিংনা মৈ থাদৌবে যেংসি যেংসি হাযনবেদো। চন্দ্রকংনানসু কোনুং কাবক্লেদো।

অঙাং : অশেংবৈ থাদোইবো ?

মবোক : থাদৌবিনিনে। অদুগীনে লৈখূল হুৎলিদো। মযামসিনা চন্দ্রকংনান উবদা নুংশিদা নুংশিদা হাযনা শোন্নবসু যাওইদো, কপ্পবসু যাওবিজাৎনি। নিংথৌনা চন্দ্রকংনান কোম মনুংদা চঙলো হাযদুনা চঙহল্লেদো; মথক্তা ফোপ হাজিল্লে...।

অঙাং : অদৈদি চন্দ্রকংনান চেন্দোইবো?

মবোক : উম ! মী অমত্তা উদ্রবা মতমদুদা ঙসাই শবী লৈমনা কোম মযাযদা লৈখূল হুৎফম লৈবমগনি হাযবদু থীবে, লৈবম্মেদো মদুদা চঙলগা মযূম যৌনবা লাক্লে অদুগা নুংঙাইনা তুমদুনা লৈথোক্লে। সোমর্দদি নিংথৌনা শীং হাপ্লে অদুগা ঘী থাউগা হৈদনা মৈ থাবেদো। মৈদুনা ফজনা মৈবী ফনা চাক্লবা মতমদুদা মাগী নুপী অহুমদু লৌকবো হাযনা মনাইশিং থাবক্লেদো।

অঙাং : নুপীশিংদু পুখিববো বোবোক ?

মবোক : পুদে। চন্দ্রকংনান লৈবম্বদো উবদা মনাইশিংদো ঙক্লে। চন্দ্রকংনান্না লাইবৈবাকী ব্রাবী মযাম লীদুনা মনাইশিংদু তাহল্লে। মনাইশিং অদুনা অওইবা ওইনা থাজবদুনা নিংথৌদা অমুক তল্লেদো। অঙক-অঙকপা পাউশিংদু নিংথৌদি পঙবনিনা থাজবেদো।

অঙাং : নিংথৌবু পঙব্রনে বোবোক ?

মবোক : অশিংবা নিংথৌসু লৈ। মাদি মবুক ফত্তবনিনা পঙবনিনে সনাথোই।

অঙাং : ঐদি পুক ফনি শিংনব কো-বোবোক। মখা অমুক হায়বো বোবোক।

মবোক : মখাসিদি নুংঙাইদোইনিহে মূন্না তাউ। নিংথৌসিননে চন্দ্রকংনানবু কৌকচো হায়দুনা মনাইশিং থাদুনা কৌহল্লুবেদো।

[ লীলা ]

চন্দ্রকংনান : ইনিংথৌ! ননাই চন্দ্রকংনান খুরুমজরি ইনিংথৌ।

নিংথৌ : চন্দ্রকংনান ফমজৌ ফমজৌ।

চন্দ্রকংনান : ইনিংথৌ।

নিংথৌ : ঐনা নঙগী নতিক নগুণ য়েংনীংদুন তৌবনি। নঙ ঐবু য়ারৌগনু। করম করম তৌবা অদুক পাউদম্মু।

চন্দ্রকংনান : ইনিংথৌ, যম লৈবাক হায়সিদি ওস্থোক্লা ঙক্লা নুংঙাইগ্রবা লমদমনি, য়েংখি য়েংখিবদা মীৎফম হোংবা য়াদেদো। অব্বা নুংঙাই পূম্নক পূমকাউ হেক কাউইদো।

নিংথৌ : হায়রিসিবু চন্দ্রকংনান ঐখোযসিগা কয়ামুক য়াম্না খেন্নবগেনে?

চন্দ্রকংনান : খেন্নেবো ইনিংথৌ। লফোইমত্তা ওইবে খোমিৎ কানা পাল্লিবা লৈরাং মক্তা শাৎলে ইস! ইস! খেন্নে খেন্নে অদুনবু স্বর্গগী অমরাপুর হায়নরিদনা ইনিংথৌ।

নিংথৌ : ঐসু য়েংনীংলক্কদৌবি। চন্দ্রকংনান।

চন্দ্রকংনান : মানি মানি ইনিংথৌ। ননাইসু হন্নীংদ্রবনিনে অদুগা যমনিংথৌ অদুনা নঙদি শিগদবা মতম য়াৎলি অমুক হল্লুখো হায়না থারক্লিবনি।

নিংথৌ : আ! শিগদবা মতম য়াৎপখৈদি লৈনা য়াদবোইরে। ঙাইখোহে চন্দ্রকংনান য়া অমা নীংশিংলকএ নঙবু লাইওইখ্রবা ইবুধৌশিং অদুবু...।

চন্দ্রকংনান : উম! উম! থেংনজরকই ইনিংথৌ: ননাইবু গ্রাকপীগনি ঙসাইমখৈ কাউরুরে। ননাইনা চৎলগে হায়না থোক্লকপদা ইনিংথৌগী পাবুং মহারাজ, ইবুধৌ,ইবুধৌ পুরেনশিং পূল্লপ উন্নজেদো। ইনিংথৌগী লৈবাক্তগীনি হায়বদা ইনিংথৌবু করম করম পাল্লি হংঙকই।

নিংথৌ : নুংশিদা পাবুং মহারাজ নচাবু নীংশিংবীবোইরে। ইবুধৌশিংসু নশুবু কাউদবোইরে। [*কপ্পি*]

চন্দ্ৰকংনান : ইসে ! ইকাউ কাউই ইনিংথৌ। ননাইবু ঙাকপীগনি হোবে হোবে তৌবদুদা, লফোইসিমত্তং ইনিংথৌগী হানবনি হাযদুনা পাবুং মহারাজনা...। [*কপ্পি কপ্পি*] য়াম্না উন্নীংনসু শোলহৌই ইনিংথৌ।

নিংথৌ : কুইনা উন্নখিদ্রবনি ঐসু উন্ননীংবনা লোইবে। হায়যু চন্দ্রকংনান, করম তৌরগা লাইবৈবাক চৎপা যাগদগেনে ?

চন্দ্ৰকংনান : এঃ ইনিংথৌ য়াম্না লায়খ্রে। নহান ননাইনা চৎপা লম্বীদো মদুদা হেক্তা চৎলসি।

[ ব্রারী ]

অঙাং : চন্দ্রকংনান মৈ থাবা অদুমাষ থাদোইবা। মাদি শিবনি শবীলৈমা লৈজদবনীনা কো বোবোক।

মবোক : মানি শিদৌরিবনি। চন্দ্রকংনানগী অদুমায়না কোম তৌদুনা ফোপকা হাদুনা মৈ থারেদো। মৈদুনা ঙুং ঙুং চাকখৎলকপদা নিংথৌদো কোম মনুংদুদা চেনফম লৈত্রেদো। মনাইশিং অদুসু চন্দ্রকংনান্না হায়বদুদা থাজবদুনা নিংথৌদু যম লৈবাক্তা চৎলিবনি হায়দুনা নুংঙাইনা য়েং লৈথোক্লেদো। অদুদগীদি মনুংদুদা নিংথৌদু অদুম শিরেদো।

অঙাং : পেল্লি, পেল্লিকো বোবোক। অদৈ চন্দ্রকংনানদি কমায় তৌরে ?

মবোক : চন্দ্রকংনান্না মমা, মপুবোক, অদগী লৈমা অহুম হায়দি ঙানুলৈমা,খুনুলৈমা, শবীলৈমা লৌরুরে অদুগা লৈবাক্কুগী নিংথৌ ওইদুনা নুংঙাইনা পাল্লেদনা।

অঙাং : মানা নিংথৌ ওইরিদো বোবোক ঙসাই নিংথৌনা হায়খিদুরো?

মবোক : উম মানি। অকোনবগী মৈ থাবগী চাংয়েংদা চন্দ্রকংনান্না ঙল্লদি লৈবাক অদু মঙোন্দা পীথোক্কনি হায়বদু, অঙম-অথৌ ময়াম পূম্মমক লোয়ন' তাহৌর্বানিনা নিংথৌ শিরবদুদা চন্দ্রকংনানবু নিংথৌ ওইহনসি হায়দুনা ওইহল্লিনে।

অঙাং : সিদি শিংবা তান্নবগী ৱারীনিনে বোবোককো ?

মবোক : উম লৌশিং তান্নবগী ৱারীনে। সোরাবেলগী মচা হেলোয় অহুমদুননে অশুপ্পী শুমদবী শান্নবদা চন্দ্রকংনানসে শিংঙি হায়দুনা লৈরিবনি।

অঙাং : মবুক ফত্তবসিসু ফত্তেকো। নিংথৌদো মবুক ফত্তবনিনা বোবোক, অদুনা মা শিরিনিকো।

মবোক : মানি পুক ফগদবনি, লৌশিং লৈগদবনি।

অঙাং : অদো বোবোক হৌজিকসে সনাগী থম্বালগা সোরারেলগী মচা অহুমদুগা লৈরমগদ্রা?

মবোক : সনাথোইবী সনাগী থম্বাল লৈতে, হেলোয়সু লৈতে, ৱারীনে ৱারী লৌশিং লৈনবা লীবা ৱারীনে।

--( )--

# ইরেম তোইবী লৈমা

( শক্তম— ব্রারী লীবা অমদি লীলা )



যাওগদনা শক্তমশিং :

বানী :

| | |
|---|---|
| মপুবোক | চহী ৭০ |
| মশ অচৌবা | চহী ১১ |
| মশ মচা | চহী ৫ |

লীলা :

| | |
|---|---|
| ইবেম তোইবী লৈমা | চহী ৩০ |
| লুবাং লৈমা | চহী ৬০ |
| লুবাং নিংথৌ | চহী ৬৫ |
| চেংলৈ নিংথৌ | চহী ৩৫ |
| মনাই | চহী ২৭ |

# ইরেম তোইবী লৈমা

[নুমিংদাংৱাইরমনি। ইমুংগী অঙাংশিং লাংঙি।
মপুবোক্না অঙাংশিংবু লাংদনবা হায়রি]

মপু : হায় ! হায়! নুমিৎ তারে, সন্ধ্যানি লাংগনুকো ইশূসা।

মশূ : পরীক্ষা লোইরে, লাইরিক পাররোই পুপু।

মপু : অদুবু লাংগনু হায়বা; লাই-তিন খুরুম্বা মতমনি।

মশূ : মৈসু লাক্তে টি.ভি. য়েংবসু য়ারোই।

মপু : নখোয়গী টি.ভি. য়েংবদো খিৎ তোকও। কুইনা কুইনা য়েংমল্লে। নমিৎশিংদু অমতা উররোই।

অঙাংশিং : টি.ভি. য়েংববু মিৎ উররোই হায়রিসে; পুপুসি ঙাওবে- আ:আ: [*অঙাংশিং নোকই*]

মপু : নোক্নুনে, অদুই শরুকপুদি নমানা চাক থোংবা ঙায়বা ওইননে; পুপু ৱারী নুংঙাইবা লীবিগে লাও।

মশূ : ৱারী হায়দি রেডিওদগা হায়রকপা হনুবা হনুবী পান থাবগীদো নৎত্রো পুপু ? ঐ লীগেনে। থায়না থায়না আ: মমাঙঙৈদা হনুবী হনুবা লৈরম্মে। য়োং ময়াম্না...।

মশূ অচৌবা : তোকও তানীংদে মসি অঙাংসি...।

মপু : হায় অচৌবা, চৈবিগনুনে, অঙাংনা ৱারী লীজবদা...। নঙ লীয়ু হায়রবদি ইকায়রিবনি হায়দুনা নরৈদু তৎ-তৎ তৌনি, ফত্তে ফত্তে চৈবিগনুকো।

মশূ : পুপু

মপু : থায়না থায়না মমাঙঙৈদনে ঐখোয়না লৈরিবা মণিপুর অসিদা চেংলৈ কৌবা মীওই কাঙলুপ অমা লৈরম্মে। মখোয়গী য়াম্না কনবা নিংথৌ অদুগী মমিং থাংয়ি খোংজ্রোম্বা কৌবোয়রে। মাগী অহানবা নুপী

যোইরুম্লোন যাওবৈবা চনুবু মৈতৈ নিংথৌ নাওখম্বনা লৌখ্রবোযবে। মমৈদা খোংজোম্বনা সোবাবেলগী মচানুপী পেনু লৈমা লৌখ্রে। পেনু লৈমগী মচানুপা অতোনবা তাউবুং খোংদৌবনা নিংথৌ ওইবেদো। থাংযি তাউবুং খোংদৌবনা লুৱাং খুবা চনু ইবেম তোইবী লৈমা লৌবেদো মশক মতৌ য়াম্না ফজবজাৎনি।

মশূ : ঐখোয় চেচেদৌনা ফজব্রা, মবুক্কা ফব্রা পুপু ?

পুপু : ফৈ মবুক ফৈ চেচেদৌনসু ফজজাৎনি।

মশূ অচৌবা : পুপু, মচা অতোনবা হাযসে অহলসু লৈব্রো মাদি কদায চৎখ্রে নিংথৌ ওইদ্রদি?

মপু : মাগী মমিংদি চীংজেন নাবন পাঙ্গনবা কৌই। জিবিদা নিংথৌ ওইদুনা লৈখি।

মশূ : ও: ও:।

মপু : থাংযি তাউবুং খোংদৌবগী মচানুপা অনী লৈবেদো। অহলগী মমিংনা পাংথং অহনবা অদুগা অতোনবগী মমিংনা যুনাওবোই যাইমবা কৌইদো। মতম খবা মখোয যাম্না নুংঙাইনা পাল্লে।

মশূ : মখোয হাযদি পুপু মমানে, মপানে মচাশিংনে কো। মখোযগী মমিংসি হাযবা নুংঙাইতে। হনুবা-হনুবীনা হাযনা নুংঙাইকো।

মশূ অচৌবা : হে বুদু, মপানা থাংযি তাউবুং, মমানা ইবেম তোইবী মচাননে পাংথং অদুগা খুনাও হাযযু চুম্মিকো পুপু?

মপু : চুম্মি চুম্মি হৈত্রগনে তাউবুং, তোইবী হেক্তা হায়বসু য়াইদা ইশূসিদি।

মশূ অচৌবা : অদৈদি কস্মাই তৌখ্রে পুপু ? ৱাবী তারসিসে ননাও।

মপু : অদুম্না য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্লবা মতুংদা ইবেম তোইবী লৈমসে য়াম্না কন্না নাবেদো।

মশূ : ইসা নুংঙাইতেদা পুপু।

মশূ মচৌবা : বাবীনিংনে মসি অঙাংসিমা।

মপু : ইহে চৈবিগনুনে। উম, নুংঙাইতে ইশূমচা মাগী লায়নাসে লায়থুং পকপা কৌই। উনশাগী লায়নানে, যেংবদা হঙ্গোযবা তুক্কৎচবা পোকপা, ফুবি-ফুবাং ওইনা তৌবদনা অঙৌবা মচু মপাক মপাক উনশাদা পকপা জাৎনি। কনামফাও মনাক্তা চঙবীদ্রে, লাযেংসু লাযেংবিদ্রে অদুনা শুকফৎ ফৎত্রে।

মশূ : মচাসু ?

মপু : উম মা। চনাদুসু মগী নুপাদুসু তুক্কৎচৈ হাযদুনা শুকহ ৎংবীদ্রে, মনা ক্ত শুকচঙ চঙাবদ্রে।

[ লীলা ]

তোইবী লৈমা : [কাপ্প, থাম্মা ও মদনা থন্তা ঙ'ভিঁ] পাবি পাংথ অহনবা, যুনা ওবেই য কমন নখোয অনীবু নমা ঐনা উদনা কোবৌ মশিং যাম্লেদো। তবা চাকসু চাদবনা শাম-পাঙ্গলসু মযেং তাবেদো। ও: ইনংথৌ ইবুংঙো থাংযি তাউবু, খোংদৌবা ওস্থোক্লসু পুকচেল পীকইদ, শক চুন ফজবিদ্রে, শাম-পাঙ্গম্না কল্লিউঙে নুংশিব বাহে কথা হাযবীখিদো। হৌজিক্ক কনা লৈজদবী ঙম ইদোম তবক হুন্দোকপীবা ওস্থোক্লসু নুংশি হৈতেদো।

[*ভাবতা মচানা কৌবগুম তাবকই* ]

পাংথং অহনবা : ইমা নচা লাকচবে।

তোইবী লৈমা [হবাওনা] পাবি পাংথং লাউ-লাউ। [*জ্ঞান তাবকই*] হি কবিনো। ইপাবিদি লাক্কনা। লৈমা ঐনা শোবি-পাবি পংতা তাবা ওইবে। আ: শিজনীংলেদা ঐহাক্তি মাস্লেম তাইবংপানসিদা ইচা লৈ লৈতগুম্লে;

ইপুরোইবা লৈ লৈতগুল্লে। লাইবক থিরেদকো লৈমা ঐদি। [*কপ্পী, ঈশৈ শক্লকই*]

*পারি নখোয়বু নুংশিবা*
*থংলেন নঙবু লোয়ুম্বা*
*লাইবক থিবী চেংলৈ লৈমা*
*কৌরি নখোয়বু খুৎলাম তোয়না*
*খমনুং শব্রা তান্দ্রিডৈ*
*উজগেবা নুংশিবা চেংলৌ।*

[ ব্রারী ]

মশূমচা : পুপু মখোয়গী মচাশিংদো ফত্তে, নিংথৌদুসু ফত্তে। ডাক্তরগা অমত্তা কৌবিদ্রো? হিদাক কাপকে হায়দে!

মশূ অচৌবা : ননাও নঙ তুমিন্না অদুম লৈয়ুকো। মসি ব্রাবীনি ডাক্তর য়াওবা য়াদে।

মপু : অচৌবা নঙবু অঙাংদা চৈবিনুনে। অঙাংনা হংলিবসে চুপ্লিবনে। ননাও মচা, থায়নদি ডাক্তর লৈতে, মাইবা হায়দনা লায়েংবীনবা মীদি লৈ।

মশূশিং : উম।

পুপু : উম! মাইবদো কৌরগা লায়েংবিদবদগী নাবদু সুম হেঞ্জিনবনি। মখাদি নুংঙাইদৌরিবনি তারো। ইরেম তোইবী লৈমগী মপা লুব্রাং নিংথৌ খুবনা পাউ পূম্নমক তারেদো। মপাম লুব্রাংদা চৎলগা লায়েংজরগে হায়বসু কনাসু তাশিন্নবীদে, থিনসু থিনবীদে। লৈমনা কপতুনা লৈরিঙৈদা লুব্রাং নিংথৌ লাক্লেদো...

[ লীলা ]

লুব্রাং নিংথৌ : [*কৌর কৌরগা চঙলকপা*] কদায় কদায় ইপাগী ইমোম তোইবী লৈমা, ইপা লাক্লে।

লৈমা : [*য়ানা, নুংঙাইতনা খুম্না*] পন্থৌ ইপা ইবুংঙো।

লুৱাং নিংথৌ : হি: করিগী কপ্লি ইমোম। ইপা লৈরিঙৈ ইমোমগী করি য়াৎকনি লুৱাংদা ইপানা পুরগা ইমোমবু ফনবা লায়েংগনি। সে কপকনু ইমোম, ইপাগী থম্মোয় পুবা ঙমদ্রে। আ: ফত্তেদা চেংলৈ ইমাক নিংথৌ নঙদি। মীওইবগী মীনুংশি মচেৎ অমত্তা নঙগী থম্মোয়দা য়াওদে; নঙগী তালোয় মরুপ্নীমক্না অসুক য়ানা অৱা মৈচাক খাঙদুনা হেদো-নাহে চন্দুনা লৈববু হন্নমক্তা য়েংবীদবা! আহ: লাকচৈদা, ইমাক ওইরম্বগী খুৎ-থেক্তুনা খাঙবনিকো নৎত্রবদি লুৱাং ইতিক খঙগদবনি।

লৈমা : [*খামজিনবা*] তোক্লসিদা পন্থৌ, নচাগী মীনা তুক্কৎচববা ফিভম অসি ওইরুবননি। অতৈদি লাইরি পন্থৌ নশূ অনীদুফাও মমা ঐগী নাক্তা চঙলকখিদ্রবনি ইপা ইবুংঙো।

লুৱাং নিংথৌ : [*ঙক্লা*] করি হায়বা ইমোম ! ইশূ-ইবুংঙোশিংসু হন্নমক্তা য়েংদবা ও! ওম্বোক্লা তমথিদকো নখোয়গী পুকচেলসে। [*মথন্তা ঙাঙঙি*] কবিগুম্বা ইমোমগী লমন শিংবা থোকলে, মৈচাক্তি ইমোমদা ফংনিদো; কোরৌ নোংদোন-থক্তা তিল্লাং হায়শিৎনবদি, শমু-মায়দা তারক্কনিদো। [*মচাদা*] ফরে ইমোম তাইবং ওইবা ঐখোয়দি খাঙবা, ঙাইবা কল্লগা অচুম্বা য়ায়েল ফংবনিদো; তাইবং য়ায়েন্নবদি য়ায়েল চুম্বা খোইয়ুম লাই লৈবিদো। য়ারুগনু ইমোম, ইপাগী নাক্তা চৎসি, পলেম নমানা নঙবু খৌরাংনা ঙাইহৌরি।

লৈমা : উম হুম: অয়ো-য়ো লেঙবা লাকপা ঙমদ্রেনে পন্থৌ; নচাদি শিখিবনবু ফরবনিদা।

নিংথৌ : হায়হৈদে, হায়হৈদে ইমোম। পুম্নমক খোইযুম মাগী খুজিলনি। সে সে: ইপাগী শমু নমদা চবে নাহোং শা,পুগেকো অঙাং নারাগুম, খো-খো কোল্ল ইমোম। হৈ হা: চৎসি নপাম লুরাংদা।

[ ম্যুজিক ]

লুরাং নিংথৌ : লুরাং লৈমা,ইমোম লাকএ খাম্নী মৈবা ওক্কুনা তীন-লাই ফত্তবা তাম্থোকও।

লুরাং লৈমা : ইমাগী ইমোম ! ইমা লাকএ। কদায কদায ইমোমদি? হি: ইচাগী ফিভমসিনা অসি যৌনা শোকচিল্লফাও কনা হন্না যেংদবা আ: লাকচৈদা ওম্থোক্লসু। নমা ঐনা ইমোমগী অনা লাযকোক্লবা শোযদনা লাযেংগনি। কপ্পগনু ইমোম, পলেম নম ঐ লৈবে হৌজিক্তি।

তোইবীলৈমা : পলেম ইমা অপোকপী।

লুবাং লৈমা : তিনকোক লাযকোক্লবা খোইযুম লাইনিংথৌ অরাং কৌব্রু অসুপ্পা, লিক্লাই উজাউ পোকপদা হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা থৌনিজগে নমানা। কোবৌ নুমিৎ খূদিংগী লুরাংগী অশেংবা ঈবেন লুবাং ঈদা কূমদুনা ঈরু-শান্দেংজসি পামেল উযুম মনানা নুংবু ওইনা ননসি। খোইযুম লাইনিংথৌনা থৌজানবীদুনা ইচাগী লাযথুং কোক্কনি রাবগনু ইমোম।

[ রাবী ]

মশূ : ঈরুজবগা অদগী উনানা নুবা ননবগা,ফত্রনে পুপু। উম! হৌজিক্তা ওইবদি মোলোমগা যাম্না তৈবিগদবা।

মপু : ইসে! নখোযনা খঙদদনা তৌবনে হিদাকশিংসে উ-রা,নাপী-শিংবীশিংদগী শেম্বা ঙাক্তনি। ঙাযখো পুপু রা হাযগে, নখোয়গী লাইবিক্তা উহৈ-রাহৈ অতেকপা চাবা ফৈ হাযদ্রো?

মশূ : হায পুপু শঙ্গোম, শা-ঙা, উহৈ-ৱাহৈ চাং নাইনা চাববদি হকচাং ফৈ।

মশূ অচৌবা : যাম্না চার্বদি ফত্তবনি ননাও।

মপু : অদুনি অদুনি। লোইনমক কান্নবা যাওবিবনি। চীঙ্গাক্পা মেনখৎপা ঙমদ্রবা কান্দা লাযনা কযা লাকপনি মদুদা হিদাক ওইনা চাবা, মোলোম তৈবগী ৱানিকো।

মশূ অচৌবা : ননাও সাইন্সতা, সোসিযেল সাইন্সতা চীঙ্গাক্কী ঈশিংগী যাওবিদুদি, সমুদ্রগী ঈশিং থুমহি চেল্লিগা হাযবিদো। কোন্না লাইবিক ওইনা পাবসি পুপু মখা ঈবিদো। বাবা মখা তানগে।

পুপু : উন্ন নীংদে। মদুনা মমানা চাযবদগী লুৱাং ঈদা কুমদুন ঈকুজনা উগুম মনানা মশা তকথোকপগী অচৌবা শকপা, ফুবি ফুবাং ওইনা লৈবম্বাশিংদো লোইনা কোকখ্রে,শিং নাল্লে। হান্নগী মশক মতৌ ফজনদো হঞ্জিল্লে। শুমাযনা যাম্না নুংঙাইন লৈবেদো। অদো ইশূসা মচা অনাগা মাগী নুপাগা কাউবা ঙমগদ্রা? নীংশিংলস্মোইদ্রা হাযযু।

মশূশাং : নীংশিংলমগনি পুপু। ঐখোয মামানা ঐ হেক উদবদা কৌনদইদুদি। ঙা চাবদসু মাগী শকক লোইনা পীজে।

মপু : অদুনি নুংশিদ্রা. মমানা মচা নুংশিবদে ওন্থোক্লা নুংশিদ্রবজাৎনি। অদুদগীদি মশা ফববনিনা সুম লৈবদুদা ফি শাবজাৎনি। ইশূসা, মমাদুনা ফি শানা-শানা মচা নীংশিংলক্কুনা ঈশৈ শকএ থল্লো, কমাযনা শক্লমগনি অমুঙা শকউদনা ইশূসা।

মশূমচা : ঐ শক্কে পুপু— *ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা/তরা চাকপু লামবরা/ইমানা চাকপু ইনবীগে।*

মপু : ফজে ফজে হৈখ্রেদা ইশূদি অদুদগীদি নোংমা চেংলৈ নিংথৌ তাইবুং খোংদৌবনা মনাই অচানবা শোকঙাইবাব যাওনা মনাইশিংগা লুবাংগী পুলৈ লোক্তা শা তানবা চৎলো। শজি, শঙাই ওক, কৈ, যোংমু, খৈখোযনচিংবা যম্মা যাবে। মতে, লুবাং নিংথৌগা হিদন্দা ঙাইহক পোখ্যাংসি হায়দুনা মখোযগী হিদা খাল্লে। মাগী নুপী তেইবী লৈমগা মযূম মনাক ঙইবদুদা লৈমদ কবম তৌব যেংনাংলেদো। ভসাইগী মপ লুবাং নিংথৌনা শাউদুনা মখোন্দদি পাউ অমঙা হাগনীদ্রবনি। অদুনা খঙনীংমন্না চেংলৈ নিংথৌনা মনাই শোকঙাইবাবু মৈ লৌবা শাজিন্নবগা থাবকএদো।

মশূ : মৈ লৌবা শাজিনবিদি কনিগীনো পপা?

মপু : নানিংগৈ মতমদা হন্না যেংবীখিদবনিন। ফানা চঙবা ইকাযদুনা তৌবনি। চেংলৈ লৈমনা যা শাবউঙা। শোকঙাইবাবনা মৈ লৌবা শাদনা পাকএদো।

## [ লীলা ]

চেংলৈ লৈমা : [*ঈশৈ*] *লুবাং ইপাম লমদমদা*

*পন্থৌনা নুংশিনা থল্লসু*

*পানি ওইবা নখোযবু*

*কাউবা ঙমদেদা নমা এনা*

*কুমজা কয়া হৌখ্রেদো*

*কবম লোল্লিবা নখোযবু।*

শোকঙাইবাবা : [*চঙলক্কগা*] অহমা আ নুজা ওইবী ইলেম্মা। লমশাং লাকপা নবুংনি, খাম্বী মৈবু হৌনিংঙাই লৈজদ্রেদো। খম্বী মৈ শজিক্তা পীবিযুবা নবুংদ।

চেকশিন্না মপানা থমজেদো। অদুদা মনাই শোকঙাইবাবনা লৈশি লৈথোন তৌদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন হাযবদুদদি নুংঙাইতদুনা লাক্লেদো। চেংলৈ নিংথৌদো হি মনুংদা ফিগা খনজিল্লদনা কাং-খোঞ্জেলদৌনা ঙাঙঙদনা যাম্না শোন্না অশোকপা শাদুনা লৈবে...

[ লীলা ]

তোইবী লৈমা : কদায কদায শোকঙাইবাবা, ইনিংথৌনা হিপ্লিবা মফমদি?

শোকঙাবাবা . সোমদা, সোমদা চঙাস ইতৈমা লৈমা। ইনিংথৌ, ইতৈমা-লৈমা লেঙলক্লে।

নিংথৌ : চঙলকউ লৈমা। ঐদি শিবা চঙবা খঙদ্রে ঐবু বাবৌগনু, নঙোন্দা যাম্না লানখ্রে। চৎহৈন্দা শাগী শাজৎ কযা চৎখিবদো চীংঙু মাগী নোংদমখোল্লনি। নপাবী অনীসু লৈবিদো মখোযবু খক নুংশিদব্রা ইবানযাইদা চৎলসিনে লৈমা।

তোইবীলৈমা · ইনিংথৌ ঐদি তোল্লবীনি। মাঙগী শাবু নীং শংলুবগা কপতববু ঙমদে। লুবাং ইপা নিংথৌ, ইমা লৈমনা লাযেংবীবদগী হিংবনি। মখোযনা যাদনা কবম্না চেংলৈ লমদা চৎকনি। লুব্রাং ইবুং-ইপ্পানা শাউন, চৎচবোই ইনিংথৌ।

নিংথৌ : লৈমা, ঐ খঙঙি নহাক শাউবে। অদুবু লুব্রাং খুবা কনাসু নত্তে- ঐগীদি ইকুনি নঙগীনা পম্মৌনি। লুব্রাং হুপ্লা শাউববসু নিংথৌ ঐনা হাযজনি; ইবাল লৈববা ঐহাক্কি। নপাবি অহল পাংথংসু যাওবি, নুমিৎ তাবনা হানগ্রনি চৎলসিনে লৈমা।

[ য়ারী ]

মশূ : অদুম চৎখ্রবরা পুপু। মপাদি শাউরোইদ্রা?

মপু : উম চৎখ্রে। শাউরবসু মাগী নুপাগী ময়ূমদা চৎপনি, মচাসু লৈরি কায়নবা য়াদবনিনে ইশূসা।

মশূ : অদেদি কমায় তৌখ্রে অদুনা লোইরব্রো পুপু।

মপু : লোইদ্রি। মপা নিংথৌদু মরাল লৈরে হায়বা য়াজখ্রবা নৎত্রো?

মশূ অচৌবা : উম য়াজখ্রে।

মপু : মচা অনীদুসু মরাল লৈরে হায়বা য়াজগদৌরিবনি।

মশূ : কমায়না?

মপু : চেংলৈ লৈমানা মচা অমা অমুক পোক্লে। মচা অহুম শুরে। মচানুপা অতোনবগী মমিং কামু অতোনবা কৌই। মানা চাউবক্লবা মতমদা মমাননে মমাগী য়াবী পূম্নমক লীরেদো। অদুগা ময়াম্বা অহলনা ঙা ফাদুনা চারিবা শোয় অদু মাগী লমনি হায়য়ু হায়দনা হায়রেদো।

মশূ অচৌবা : শোয় হায়দি পুপু কৈনো? অদুগা ময়াম্বদা হায়দৌরিদু করিগীনো?

মপু : ঙা ফাভম মফম অদু শোয় কৌই। অদুগনে ময়াম্বদা হায়দৌরিবদুননে মশাগী অশোয়বা লমচৎতো খঙজনবনি। মনাও অতোনবদুদা অসুম্না হায়হনবোইরে 'য়াম্বুং ইবুংঙোদি ইপানা পামদবা মমাগী মচানি। ননাওদি ইপানা পামজবা ইমানা পোকপনি অদুনা শোয় অসি ননাওনা চাফম থোকই।' ময়াম্বা অহলদু ভাব তারে। মখোয়না মমাবু থিনা তৌখিবগী মমানা লম্মন খুম্বনি হায়বসি খঙলে।

হৌজিক্তদা য়াম্না নুংঙাইরক্লে অদুননে ঙা ফাভম অদো মনাও অতোনবদা পীথোকপ্রে। ময়াম্বদগী মনাওনা নমদুনা লৌখি হায়বদগী তুরেল অদু ‘লমবুল’ কৌই। হৌজিক্লা নম্বুল হায়না খঙনরিবসিনি।

মশূ : ওঃ ওঃ নম্বুল তুরেল হায়রিসিদি হেক্তা কৌশিনবা নত্তবা ৱারী য়াম্না লৈরিজাৎনিনা পুপু।

মপু : লৈরিবনি লৈরিবনি। তুরেলসিগী ঈচেলসিননে মমাবু লুনা তৌ মীরায়গনু হায়রিবনি। নুংশিদ্রো তুরেলসে? মসিননে ৱারীসি নীংশিংহল্লিবনি।

মশূশিং : ঐখোয়দি পুপুসু লুনা তৌনি। ইমাসু লুনা তৌনি। নাবগনা হেন্না লুনা তৌনি।

মপু : নখোয়বু পুপুনা নারগা শোন্দুনা লৈবদা সেবা তৌবীগদ্রা?

মশূশিং : তৌবীনিনা কৈসু।

--( )--

# দ্রামা তম্বা

(শত্তম— ব্রারী-ব্রাতাই অমদি লীলা)



**য়াওগদবা শক্তমশিং :**

**লীলা :**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নিংথৌ | - | চহী ৪০ |
| ২। | মমা ১বা | - | চহী ৩০ |
| ৩। | মমা ২বা | - | চহী ২৯ |

**ব্রারী-ব্রাতাই :**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪। | মচে | - | চহি ১৫ |
| ৫। | মেবী | - | চহি ১০ |
| ৬। | বোবি | - | চহি ৭ |
| ৭। | অঙাং খরা | | |

# দ্রামা তম্বা

[ ম্যাজিক ]

*[ য়ুমনি, ঈশৈ শকপা য়াও, জগোয় শাবা য়াও অঙাংশিং ঈরাং লাংঙি। ]*

বোবি : ঙায়খো ঐ শক্কে।

মেরী : ঐ হান্না শৈরেং থিনি। বোবি নঙ তোকও।

বোবি : য়ারোই, [*মখোয় মশেল য়েংনৈ, খংনৈ, মরকসিদা অঙাংগী অচম্বা খোন্থোক্তা ঈশৈ শকই*]

ঈশৈ

চেক্কানা নুংশিনা খোংলিবা
নঙগী নগুণ শকপনি।
তুরেলনা তপ্পা চেল্লিবা
নঙগী নখোঙ চাম্বনি।
নুংশিৎনা লিরি শিৎলিবা
নঙগী নপাউ পুননি।
তাকপীয়ু তম্বীয়ু ইসুংঙো
খঙড্রবা নব্রা ঐখোয়নি।

[*অমুক লাংনরকই, যারে হায়বা য়াওই ফজে হায়বা য়াওই।*]

মেরী : যারে য়ারে নঙগী ঈশৈদো তোকও। বোবি অমুক শৈরেং থিহনসি, বোবি হৌরো।

বোবি : ঙসি নীংতম্বা নুমিৎসিদা ভারত ...।

মেরী : [*লাউনা*] ঙায়খো, ঙায়খো, নঙগীসিদি ফাষ্ট তাররোই তোকও। নঙ তোকও বোবি।

বোবি : যাদে যাদে কৈসু ঐ থিনি [*কপ্পি*]

মেবী : অদু ওইবগা ফজনা থিযুদনা, কপতুনা সুম লৈ। হৌবো হৌবো। যাদ্রগা তোকচৌদনা।

[*মতমসিদা মচে হল্লকই, সাইকল মখোল তায।*]

মচে : কৈদৌবে লাইবিক্কা অমত্তা তৌদদনা কপ্পদনা লৈরিসিদি। বোবি কনানা ফুবিনো হা? [*অসুম কপ্পি*]

মচে : নখোয অসুক যাম্বসি কৈদৌবিবা শঙ্গোযদা শান্নবা যাদ্রা। তামোচৌ লাক্লদি লোইনা ফুবিবনিনে, নঙনবা বোবি ফুবিসে। মসি ফুগনখ্রে।

মেবী : ফুদে কৈসু মতোমতা কপচবগা।

মচে : নঙদি কৈদৌবে কপলিবা [*মেবীদা*] মবম লৈতনা কপ্পা হৌনব্রা ফুবমগনি।

বোবি : [*কপ্পা কপ্পা*] শৈবেং থিগে যাদ্রিবা।

মচে : কবি ! কবি! শৈবেং? পীক্লাও নহোযনবো।

মেবী : মী-যাম থিদৌবি কৈসু। ঈশৈসু শক্লদৌবিনে।

মচে : অচৌবনা ফাষ্ট লোইনা তানিনে অদুগী হাযবীর্বানি।

মেবী : অচৌবনা তোঙান্নি হাযনে ওঝানা। ক্লাস টু দগী ফাইব ফাওবগী অমনি হাযনে।

মচে : [*নোকই*] নহোয স্কুলগী ফংক্সন তৌনি হাযবদুবো ''

অঙাংশিং : ঔ' ঔ' চেচে নঙ তাকপীগেবা? ফজনা তাকপীযু হাযবা।

মচে : অদুদি নহোয ঐঙোন্দা পৈশা পীগেবা?

অঙাং : প্রাইজ ফংলগা পীগে।

মচে : ফংলানিহে হৈসু হৈতনা, [*অঙাং মখৈ তুমিন তুমিন লৈ*] উম' অদুদি কপকদব' বোবি হান্না থিহন তানে, 'থবো থিবো' বোবি।

বোবি : 'ঙসি নীংতম্বা...'

মচে : লাল্লে লাল্লে বোবি। অহানবদা মযামদা খুকুম্নগা শৈবেংগী মমিংগা হাযগদবনি।

বোবি : হোয হাযগে, ইকাযখুম্নজববা ওঝাশিং অমদি নুংশিববা ছাত্র ইচিন-ইনাও পূম্নমকপু খুকুমজবি। ঐনা থীজগদৌবিবা শৈবেংগী মমিং 'নীংতম্বা নুমিৎতা'

'ঙসি নীংতম্বা নুমিৎসিদা ভাবত ইমাগী
পাইবে মচু অহুমগী ফিবাল হাইনা হুম্না,
ভাবতকী শেংল নোংদোন্দা।
লাক্লে নৌনা লিংজেল থৌনা ভাবত মচাশিংদা
ভাবত নীংতম লানফমদা নোক্লা থবায কৎখিবা
নীংশীংলক্লে অথৌবশিং
অখাঙ কনবা বাপূজী থৌনা ফবা নেতাজী
কাউববোই খুদিবাম ভগতসিংহ, বীব টিকেন্দ্রজিৎ
মখোযগী মচানি ঐখোযসে।

মচে : তোকও যাবে, শাংমল্লনি।

মেবী : চেচে, চেচে কবিতাহোই বেমবেমহোইদি ড্রামা ওইনা শান্নানি হায ঐখোযসু শান্নগে।

অঙাংশিং : শান্নগে শান্নগে।

মচে : নহোযবু ড্রামা হৈজগদ্রা

অঙাংশিং : হৈনি, হৈনি কো। মণি নঙ মপা শাউ বোবি নঙ মচ শাগেবা?

বোবি : ড্রামাদি কমায শান্নদোইনো চেচে?

মেবী : হায বেদিওদা টি.ভি. দগা তৌবিদু খঙদ্রা?

বোবি : অদো ঐখোযদি অহলসু নত্তনা।

মেবী : অঙাংসু শান্নবিদুদি।

মচে : লাংগ্রে নহোয [*লাউহৎলি*] থোক হেক তোকহননিকো হৈসু হৈতনা পঙলাংদা লাংঙি। মেবী উপুদগী মথক থংবা কেশেৎতু পীবকউ, অঙাংশিংনা শান্নবা দ্রামানি নহাল বেডিওদগী নমহৌবনি সি হান্না তাখিসি। টেপতু হো-হো সিদা থম্মু। [*কেসেৎ হাপচিল্লি*] সি তাবগা নহোযনা অমুক শান্নগদবনি, মূন্না তাউ লাংনূকো।

[ লীলা ]

[*বাজ দববাবগী ম্যাজিক*]

নিংথৌ : ৱাকৎপা লাক্লিবা নুপী অনীদু পুশিল্লকউ। [নুপী চঙলকই] হাযযু নুপী নহাক্কী অপাম্বা কবিনো।

১বা নুপা : ইনিংথৌ ! ইনিংথৌদি অচুম্বা বিচাব তৌবগী মমং চৎলিবনি। পৃথিবীদা নিংথৌ সোলোমোন হাযববদি অনীশুবা ধর্ম্মবাজনি হাযনা ফাউবিবনি। তোল্লবী ননাইবু কনবিযু, ঐবু হিংহনবিযু ইনিংথৌ।

নিংথৌ : অনীশুবা নুপী নহাক্কী অপাম্বদি কবিনো?

২বা নুপী : [*কপ্পি*] ইনিংথৌ অচুম অবান থীবিবগা মতীক চাবা চৈবাক পীবিযু।

নিংথৌ : নখোয অনীমক ঙাযখো। অশেংবা ৱাবী অদু চপ চানা অনীমক্তগী তাবগা অচুম্বা বিচাব তৌগদবনি। হাযযু অশেংবা ৱাবী অদু ঐবু তাহল্লু নুপী।

অনীশুবা নুপী : ইনিংথৌ অঙাং আস ঐগী অশেংবা ইচানি। অদুবু ইনিংথৌ, ফৎত্রবা নুপী অসিনা ঐনা ঈকজবা চৎখ্রিবৈদ অঙাং অসি হূবান্দুনা পুবল্লিবনি।

নিংথৌ : মহাক্না হাযবিবসি চুম্ব্রা হাযদু নুপী?

১বা নত্তে নত্তে ইনিংথৌ ওইদবা শেমজিনবা ৱাবী ঙাক্কনি। অঙাং অসি ঐমক্না পোকচবা অশেংবা ইচানি তৌঙম্বা হিংচাবী অসিনা ওইদবা ৱাবী কযা শেমজিন্দুনা ইচাবু

মুন্নবা হোৎনরে। অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু ইচাবু ফংহনবিয়ু ইনিংথৌ।

২বা : [শাউনা] করি! তৌঙম্বী চীম্থিবী। ইবুঙ্গী ভাবা ইচাসিবু মাগী মচানিকা হায়রিয়ে, কয়াদা মচীন থীখ্রবনো ইনিংথৌগী মাঙদবু ওইদবা ঙাঙবা ঙম্নবা। মরৈ অসি হেক কল্লবতদা পেনগদবনি।

১বা : করি ! ইচাবুসু মুন্ননবা হোৎনবা মদুদা পেন্দ্রদুনা ইরৈসু কক্কনি হায়বা ! ইনিংথৌ ইবুংঙো য়াথং পীনবিয়ু নুপী অসিগী মচিনসি শীংচিৎনা শিংকে।

২বা : করি, চীম্থিবী তৌঙম্বী হূরানবী!

১বা : হায় ! হূরানবীদি নঙনি ইচা হূরানবী!

*[খৎনবগী হাঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাঙনবা, অঙাং মুন্নবদা কপ্পা]*

নিংথৌ : ঙাইখো। মফম অসি রাজ দরবারনি খঙঙু। কনা লৈ?

মনাই : ইনিংথৌ।

নিংথৌ : অঙাং অসি লৌশিল্লু মখোয় অনীনা মুন্নবদা শোয়দনা শিবা তারে।

১বা : ইনিংথৌ অঙাং অসি ঐঙোন্দা পীবিয়ু, ঐগী অশেংবা ইচানিনে ইনিংথৌ।

২বা : অঙাং অসি ঐঙোন্দা শীন্নবিয়ু ইনিংথৌ নুপী অসিনা হূখিবনিনে ইনিংথৌ।

নিংথৌ : নুপী অনীমক তাউ। নখোয় অনীগী বিচার হৌরগনি।

১ অমসুং ২ : ইনিংথৌ অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু।

২বা : ইচাবু পীনবীয়ু ইনিংথৌ।

১বা : ইচাবু ফংহনবীয়ু ইনিংথৌ।

নিংথৌ : তাউ। অঙাং অসি হৌজিক ফাওবা নখোয অনীমক্কী নচানি হাযবি। অমনা হাযববসু, অমনা হাযববসু অচুম্বা ওইনদা উবি। অদুবু খঙঙু অঙাং অমগী মমা অনী লৈফম থোক্তে। নুপী অনীমক ঐনা অচুম্বা বিচাব তৌবকপদা নমিত্তগী নপি তাবা যাবোই।

২বা : তাজবোই ইনিংথৌ।

১বা : ইনিংথৌ।

নিংথৌ : নখোয কনানো অমা চৎলু, অঙাংসি চপ মান্ননা খাইবোক তানা খাযদোক্লগা নুপী অনীসিদা তংখায অমমম পীখো।

১বা : মাঙলে, মাঙলে ইনিংথৌ ননাইদি মাঙজবে। ইচাবু অসুম্মা যেনবীগদবা লৈববদি ঐহাক ইচা পামজদ্রে। অঙাং অসি নুপীসিগী অশেংবা মচানি ননাইনা যোকচনীংদুনা ঐগী ইচানি হাযজিনবনি অঙাংসিবু হাৎপিগনু নুপীসিদা পীবিখো। ওইদবা ঙাঙ্ববগীদমক ননাইবু দণ্ডি পীবিযু ইনিংথৌ।

নিংথৌ : হাযযু অনীশুবা নুপী, ঐহাক্কী বিচাবদি ককপা যাদ্বনি। অঙাং অসি তংখায যেনবা যাবেকো।

২বা নুপী : ইনিংথৌ ইচানি নুংশি অদুবু ঐহাক্না ফংলোইদব লৈববদি মহাবাজগী বাযেলদু যাজবে।

নিংথৌ : উম: ঐগী বিচাব লোইবে। অহানবা বাকৎলিবা নুপীসিদা অঙাং অসি পীখো। মহাক্না অশেংবা মমানি। হায নুপী কাবগী মীগী মচা হূবাল্লি ? নহাক্না তৌরুবা নবালগীদমক মতিক চংবা দাণ্ড ফংবা তাই।

[ম্যুজিক]

অঙাং মমম : লোইবব্রা ইচে' যাম •ংঙাইনা অমুক্ক। তাস অমুক্কা তাসি।

মচে : তামোচৌ লাকঅনি...।

অঙাং : লাকওই কৈসু, লাকওই কৈসু।

মেবী : ঐখোয দ্রামা শান্নহন্নি হাযদাইনে।

বোবি : চেচে চেচে অঙাংদু নুংশিকো। অদো নুপীদুনা অঙাংদু হূবাল্লিদু কবিগীনো।

মেবী : হায! অদু নুপী বেদ-নিনে খঙঙবা।

মচে : হৈবেদা বেদ হাযদি কৈনো। অফাও হেক শাবদনা যেংঙোই বোবি চেচে হাযগেসে নুপী অমদুগা মচা লৈজদবা অদুদা মাসু মচাদি পাম্বা অদুদা হূবাল্লনি।

বোবি : ঐখোয মাবোকসু নেনে চাউবীহোযগী অঙাং মযামসি অমা হূবাল্লগে হাযদে। [*মচে নোংকই*]

মেবী : ঙসাইদৌনা নিংথৌগী দণ্ড ফংঙদি।

মচে : তোকওসে তোকওসে বোবিসি খংদা তৌইনি চৌবনু। নঙনা খবা চাউবেদনা। বোবি ঙসাইগী অঙাং হূবানবী নুপীদু নিংথৌনা দণ্ড পীকো। অশেংবা মমাদুনা অঙাং ফংখি। অদুনেং হযেংখে লোন্না পোৎ লৌগে খনগনু দণ্ডি হেক্তা ফংগনি খঙলব্রো।

বোবি : উম লৌবোই অদু চেচে ঐদি দ্রামা হৈবোই ঐগী শৈবেংদু থীনি।

মচে : হোয হোয শৈবেংসু থীগদবনি দ্রামাসু যাওগদবনি।

মেবী : ঙাইখো বোবি নঙ ঙাইখো ঐগী ঈশৈদো হান্না শক্কে, চেচে ঐগী ঈশৈসে তাও হাযবা; চেচে লতানা তান্নবনি।

বোবি : যাদে যাদে ঐ হান্না শীনি।

মেবী : যাদে ঐ হান্না শক্কনি।

মচে : ঙাইখো ঙাইখো খৎননুসে। বোবি নঙ ঈশৈদি শকনীংদ্রো। ঙসাই শৈবেং থীখিবদু যাম্না ফজবে। অদুদি হন্দমুত্তি ঈশৈদু নহোয মযাম পূন্না ফজনা শকমিন্নাসসে হৌবসি হৌবসি ।

**ঈশৈ**

*চেক্লানা নুংশিনা খোংলিবা*
*নঙগী নগুণ শকপনি*
*তুবেলনা তপ্পা চেল্লিবা*
*নঙগী নখোঙ চাম্বনি*
*নুংশিংনা লিবি শিংলিবা*
*নঙগী নপাউ পুবনি*
*তাকপীযু তম্বীযু ইবুংঙো*
*খঙদ্রিবা নবা ঐখোযগী।*

--( )--

# তেনরা অনী

## (ৱারী-ৱাতাই)



# তেনব্রা অনী

**[ ম্যুজিক ]**

[ *য়ুমনি, মনে চঙলকই* ]

মনে : তোম্বী নঙ লাইরিক পারব্রা?

তোম্বী : কৌবীরক্কনু 'মত্তা

মনে : হাইমা শাউরিমানে অঙাওবীসিদি।

তোম্বী : শাউদদি! মী হয়েং ঐখোয় স্কুলগী লিটরেরি মীটনি মোনোলোগকা য়াওদোইনে। হেমা ইবানি মহোয়দা তমসি হায়রগা ইমানা য়ূম শংঙম্মু চৎথোক্কনু হায়রম্মিনে।

মনে : ইমাদি কদায় চৎখ্রিবা?

তোম্বী : মামতোনগী লুহোংবগী ব্রা তান্নবনি হায় খঙদেমত্তা।

মনে : হৈমা অদুগী নঙনা শাউরিবা, অদুসু চত্তবা য়াদবনে থবক নোম্বগীনা ইবানি চৎতোইবা।

তোম্বী : অদো মীনা নোংমাইহিজিং ওইরিঙৈদা হায়রগা ।

মনে : ইমাসু নোংমাইহিজিং ওইরিঙৈদা চৎলিবা। অদো ইবানি হেক তমথোক্লগা লোইরে কৈদৌরগে।

তোম্বী : নেনে নঙ তাকপীগেরা অওইবা?

মনে : তাকথোক্লগা লোইরে। কদায় নঙগী মোনোলোগ তৌনবা দাইলোগতি।

তোম্বী : অদুবুরো ঐখোয় লাইরিক্তগী অসুম তৌদোইবা। লাইরিক্তগী ফাহৌরদি হয়েং পরীক্ষাদসু কান্নরে।

মনে : এ: এ: ঐখোয় তোম্বীদি পীকপগী ব্রাদনি লৌশিংগা য়াম লৈরিজাৎনি।

তোম্বী : নেনেসিদি ! তো সিনে তেনব্রা অনী হায়বা শৈরেংদো ঐখোয় মৈতেলোন লাইরিকীনে।

মনে : ইস! লাইগা ফজ-ফজবা য়াম য়েকইনেসিদি। তেনব্রা অমনা উফেদা তেনব্রা অমনা পোন্নুংদা ...।

তোম্বী : ফজদ্রা নেনে অদো ঐদিনে পোনগী তেনব্রাগী খনবদা নুংঙাইতে। ইমানা ঙসাইনে নেনে লাক্ত্রিফাও য়ূমদগী চৎথোক্কনু অচাপোৎকা য়াম লৈবিনি হায়বদুদা ঐসু পোনগী তেনব্রা তারে খল্লিবা

মনে : চোহে ! মীদি অসুম ফাজিন্দুনা থল্লিদুদি নঙগীদি ঙাইহাক্তং য়ূম শঙঙু হায়ববু ...।

তোম্বী : অদো মী নুংঙাইনা ব্রাখল শাগৎলক্কান্দা তোকও হায়রদি তেনব্রাদুগা মান্নদ্রো?

মনে : ঐখোয় তোম্বীসিদি ঙাওনবা ঙম্মোইদৌরি। উকিলগা মাল্লিকো!

তোম্বী : লক্লরনু কৈসু। শৈবেংসিদুম তাকপীরো।

মনে : হোয়নে হোয়নে পারো।

তোম্বী : পারগে... [*য়াম্না থুনা পারকপা*]
*নোংমা নুমিদাংব্রাইনি,*
*উফৈথক্কী তেনব্রাগা*
*পোনগী তেনব্রাগা অনীগী উনবা নুমিৎনি।*

মনে : বা ! বা ! ফজেহে।

তোম্বী : কৈদৌবে !

মনে : শৈবেং পাবফাও গৈত্রিঙৈনা মোনোলোগ তৌনি গাযএ। মোনোলোগ হাযবু কৈনো খঙঙবো?

তোম্বী : খঙঙি, তেনব্রা অনী ব্রারী শাবনে।

মনে : তঙ্খায অমা চুম্মি। নেনে হাযগেকো মোনোলোগ হাযবদি মী অমনা তোঙান তোঙানবা মীওই নুপা নুপী অঙাংগা শাবগা ঙাঙবা ব্রাঙাঙদো অদুনি সিদা তেনব্রা অনীগী ব্রাসি নঙ নথন্তনা ঙাঙদোই নৎত্রো।

তোম্বী : উম ঙাঙদোইনে। ঐ খঙঙনেবা নোনে, অদো পারকও।

মনে : পারগে ! পারগে...

*নোংমা নুমিদাংব্রাইনি,*
*উফৈথক্কী তেনব্রাগা*
*পোনগী তেনব্রাগা অনীগী উনবা নুমিৎনি*
*মপানগী তেনবানা*
*মিহৌবা মিংয়েংদা কল্লকপা ব্রাহৈনা*
*হায়বকখি পোন্নুং তেনব্রাদা 'লাইবক ফৈদকো ইতারোই,*
*হাউরবা উহৈ কয়ানা নমাঙদা লূরবা লাইজসু ননাক্তা*
*নঙগীদি ব্রাংপা কৌবা লৈতরে।*

তোম্বী : নেনে ঐ পাগে, ঐ পাগে নখাদি।

*চনীংবদা চা, থক্লীংবত্রা থক-*
*কবি তেল্লি মপানগী তাইবংন''*
*অদুবু ইতা, করি মতৌনো,*
*নুংশুক-নুংজানবা চেংলৌদি,*
*মিংলু পিরাং ঈহৌনবদি,*
*কনম্বা অরাবগী মমিনো''*
*ঙাইহাক মিংকুপ তুমিন্না,*
*ব্রা লান ঙাঙদবমখৈ লৈখি;*
*পোনগী তেনব্রানা তপ্পা খুমাখি-*
*'অদুম্বনি, তাকপিবা খুদিং ইতানা,*
*অব্রাংপা লৈতে ঐগীদি*
*থিকবসু নঙেদো ইপাঙ্গলনা বানা*
*খুৎতমক হাম্ম-চাবনি ঐগী ইথৌদি*
*অদুবনে ইতা !*

মনে : খরা নুংশিনা পাউ মখাদুদি।

তোম্বী : তৎতনা হৌবা রাখল মণ্ডলান্দা
নুংঙাই খুদিং অরাব'মচু শংখিদ'।
অরাংবা শংবান্নব' অতিযাদা
সাখপ তোযনা পাইনীংই.
অহাঙবা মালংদা
খোঙ্থাং যৈনা খোংনীংই।
অদুবু কদায, পোনগী কল্লবা যোৎচৈনা
হিকথহল্লবনি ইশ' অনীসু।
পীক্লবা ঐগী তাইবংনা
খোঙ্থাং যৈদবে খোঙ্জেলসু।
নীংতম্বগী মগান নাইদ্রবা ললনা
মমাখবদ্গা লোযননা পূক্লিংগী নুং ঙাইবনু
তিনখ্রবনি হাঙলা মালংদা।
চেক্লা শঙ্গী
লাপ্ল খোঙ্জেল তবদা
উফেথক্কী তেনবা হন্নমও'। যংলমা।
পাইখ সাখপ তোযনা
মালং ঈপোম মাযোক্লনা।

মনে : [খুবাক খুই] যাম ফজবে যাম ফজবে ঐখোয তোম্বীসি দ্রাম যাও যার্বান।

তোম্বী : নেনে নখোয হোলদা ঐস যাওগে।

মনে : অদুদি খব হেন্না ফজনা হোৎনগদনা।

তোম্বী : উম নেনে। সিদি যাবনেবা অদে' নেনেনা শঙঙৈদা পরীক্ষাগী ওইনবা অর্থসু অদুম খবা তাকপীগেনা। খঙবুদি খঙঙবনেবা।

মনে : ঐখোয তোম্বীসিদি রা ঙাঙবগসি তেনবাদৌনা নুংশি নুংশিনা ঙাঙবা হৌবেকো।

তোম্বী : ফাগি হেক্তা তৌবকই। সে নেনে।

মনে : শৈবেংসি খঙঙে হায়দ'য। হ'ন্না অমুক্তা হায়যুদনা উফৈথক্কী তেনবানা পোনগী তেনবাদুনা কল্লকইদু কবিগীনো '

তোম্বী : পোনগী তেনবাগী উহৈ বাহৈ পৈদুনা লৈদনা অদো মাইদি লৈতবা অদুগী কল্লকইবা।

মনে : খিঙু শাংনা শন্দোক্লা হায়যুদনা।

তোম্বী : যাম শাংবদি হৈতত্রে নেনে নঙ হায়বো।

মনে : শৈবেংসি মতেক নতেক পাবগা যেংসি। মযেক শেংনা তাবা নুংঙাইবদং পাউ যান্না কেন্দ্রবসু যাবে।

তোম্বী : নেংসিদ, এ্রসু খঙঙে।

মনে : ফাগি তৌবনিলা পাবো।

তোম্বী : *নোংমা নুমিদাংবাইনি./ উফৈথক্কী তেনবাগা পোনগী তেনবাগা/অনীগী উনবা নুমিৎনি মপানগা তেনবানা/ নহৌবা মৎযেদা কল্লকপা ব্রাহৈন হযবকখি পোনুং তেনব্রনা/ 'লূববা লাইওসু নাভা নঙগী নংপা কৌন উনতেব/চানীংবদ। '. খক্লীংবত্রা হক কাব হেল্লি মপানগী তাইবংগা '*

মনে : মানে অখাওগী চংথখি। নো মা নমিদাংনই উম অহাংবা অতোমাদা কোইপাই পাইদুনা মচৌঙাক থিরকবা তেনবা অমগা মমাঙদা মচাঙ্গাক ময়াম অমা থল্লগা পোন্নুংদা হাঁজিন্দুনা লৈনা/তেনবা অমব্ থেংনকই নৎএ্রা।

তোম্বী : উমা মান।

মনে : চৌঙ্গাক থিবা হায়বসি অবাবা অমনি ফংদবা নুমিৎসু মবাকই। মাওইবদৌনা মখোযাদ পৈশিন্দনা থম্বসু নত্তে।

তোম্বী : চুম্মে থমদে নোংমা নোংমগী থিবগা চাবনি নেনে কো

মনে : খুদোংথিবা কযামসু নংালবান পূম্নমকসি পোনগী চেক্লাগীদি লৈত্রে।

তোম্বী . লৈত্রে ঐখোযনা অদুম পীজবে। অদু নেনে চৌঙ্গাকসিনা ঐখোযদা থবক তৌবগী শক্তি পীকো। অদুমাযনা তেনব্রাসিদসু পীর্বানকো।

মনে : পীবিনিনে অঙাওবী। থব্রায পানবা খুদিংমক হিংবদা চীঙ্গাক চঙলিবনি।

তোম্বী : খঙঙে। মী কৈনোম হাযগে তৌবগা। উফৈথক্কী তেনব্রানা কল্লকইসে মানা কোইপাই পাইবদা চোকথবকপদুদা চীঙ্গাকসি দবকাব লৈবকতৌইনি হাযগে তৌবগা।

মনে : চুম্মে অদুননি উফৈথক্কী তেনব্রানা *'লাইবক ফৈদকো ইতাবোই,/হাউববা উহৈ কযানা নমাঙদা লূববা লাইজসু ননাক্তা/নঙগীদি ব্রাৎপা কৌবা লৈতবে।'* হাযবিসে

তোম্বী : উম: যাম নুংঙাইনা লৈ যাবে মাদি।

মনে : অদো পোনগী তেনব্রাদুদি কবি তৌই দাইলোগনি দ্রামা তৌবিনি খল্লু হাযযু।

তোম্বী : *অদুবু ইতা, কবি মতৌনো./নুংশুক নুংজাননা চেংলৌদি, মিৎলু পিবাং ঈহৌনবদি,/কবম্বা অব্রাবগী মামিনে'*

মনে : নুংশুক নুংজানব হায়বদি কবি হায়াবনো তোম্বী খঙব্রা?

তোম্বী : নুংঙাইতবা।

মনে : থব্রায নুংঙাইতবনী শক্তম, চেংলৌ হাযবসি শক হাযবানদ্না।

তোম্বী : উম নেনে অদো মিৎলু পিবাং ঈহৌনবদি ঈহৌনবাইসি...।

মনে : মিৎতনে পি তাগদবগী পীক থন্না নিক নিক লাউনা লৈবদো। নঙ ঙসাই নপি তাগে তৌবম্বদো অদুনি। চানিংবদা চাদুনা লৈবিবা পোনগী তেনব্রানা কবিগীদমক অব্রাবা শক্লোন পুদুনা কপ্লিং-কপ্লিং লৈবিবনো সিনি। অদৈদি পোনগী তেনব্রানা পাউখুম ওইনা অমুক কবি খুমলকএ হাযযু।

তোম্বী : ঙাইহাক মিৎকুপ তুমিন্না,/ব্রা-লান ঙাঙদবমখৈ লৈখি; পোনগী তেনব্রানা তপ্না খুমখি— *'অচুম্বনি, তাকপিবা খুদিং ইতানা,/অব্রাৎপা লৈতে ঐগীদি থিকবসু নত্তেদো ইপাঙ্গলনা ব্রানা/খুৎতমক হাম্মগা-চাবনি ঐগী ইথৌদি অদুবু- নে ইতা;/তৎতনা হৌবা ব্রাখল মঙলান্দা নুংঙাই খুদিং অব্রাব'মচু*

*শংখিদা!/অব্রাংবা শংবান্নর' অতিয়াদা, সাখপ তোয়না পাইনীংই/অহাঙবা মালংদা খোম্থাং য়ৈনা খোংনীংই অদুবু কদায়।'* নেনে সিদি খর লুবদৌনা তৌই।

মনে : লুদেদা নেনেনা হায়রগা অদুম লায়রক্কনি। তৎতনা, হৌবা ব্রাখল মঙলান হায়বদি ঐখোয়না ভাবতা নুংঙাই নুংঙাইরবা আশা কয়া তৌবদুবুনি। নঙ ঙসাই 'মী নুংঙাইনা ব্রাখল শাগৎলককান্দা তোকও হায় হায়দনা ইমানা চৎখিবদা শাউরম্বদো অদুনি। থবক ওইনদি পাঙথোক্ত্রিবা ব্রাখলদা সুম খনবদো; অদা তেনব্রাসিনা শঙ্গুলক্তা মরূপ-মপাংশিংগা লোযননা অশংবা অতিয়াদা পাইজনীংবগী আশাসে হেক হেক তৌজবা অদুবু মাদি ফংদ্রেদনা। মখোলগসি নুংশি নুংশিনা মসাসি খপ্লগা অতিয়াসি নীন্না খোংনীংবগাসি ফংদ্রে। অসিগুম্বা নুংঙাইরবা আশা ময়ামসে হেক তৌরুবা খুদিং অব্রাবসে সুম সুম হেল্লে: অদুনি মানা অব্রাবা মচু শংাঙ হায়রিসে।

তোম্বী : মখা অমুক পারগে নেনে।

মনে : পারো পারো।

তোম্বী : *পোনগী কল্লবা য়োংচৈনা/হিকথহল্লবনি ইশা নীসু পীক্লবা ঐগী তাইবংনা/খোম্থাং য়ৈদরে খোঞ্জেলসু।/ নীংতম্বগী মপান নাইদ্রবা ললনা/মাঙখিবদুগা লোয়ননা পূক্লিংগী নুংঙাইবসু/ তিনথ্রবনি হাঙলা মালংদা!'* সিদংগী অর্থ হনখিসি নেনে।

মনে : হোয় হোয়।

তোম্বী : অদো ঐ হায়গে চুম্ব্রা য়েংগেরা নেনে। পোন মনুংদা মথন্তা ফাজিন্দুনা থল্লবনিনা নুংঙাইত্রে হায়বিনিকো।

মনে : চুম্মে চুম্মে য়াম হৈকো।

তোম্বী : চো !

মনে : কৈনোনে চুম্মি হাযবগা লাইহিসি যেংঙুনে। পীকথ্রবা পোন মনুংসিদা ফাজিন্দুনা থম্মিনি ৱাবোযদ্রো। কৈনোম হাযগেসে মীওইবদা খোঙ খুৎনা যাম কান্নবগুম উচেক্তদি।

তোম্বী : মসা অনীসিনা ওইনি।

মনে : উম অদুনি অদুনা পাইনীংঙকপা মতমদা মসা অনীসি পোনগী তেনৱানা খপ খপতুনা শান্নে। মতমদুদনে যোৎচৈদুনা মসাশিংদু ফুজিনবদুদদি।

তোম্বী : ইস যাম নানি।

মনে : অদুদনে মসাশিংদু হিকথৈ হাযবিসি হাযবদি মসাশিংদু পাঙ্গল লৈবক্ত্রে হাযবা। পীক্লবা তাইবং হাযবিসিননে, ঙাযখো তোম্বী তাইবংপান হাযবগা কবিবু খঙনৈ?

তোম্বী : তাইবংপান হাযদি ঐখোযনা লৈবিবা আ: ঐখোয মযামসে জীব-পানবা পূন্না লৈমির্ন্নবিবা পৃথিবীসিনি।

মনে : চুম্মে চুম্মে অদনে খব হেন্না চাউবা অর্থদনা থবায পানব পান্দবা, থা থৱানমিচাক অতিযা পূন্নমকসিসু যাওইকো।

তোম্বী : উম !

মনে : অদুদি খল্লো তেনৱাসিদি শঙ্গুলক্তগী তোঙান্না পোন মনুংসিদা মথন্তা লৈ। সিবু মানা পীক্লবা তাইবং হাযনা কৌজৈ। অসুম্না পোন্নুংসিদা লৈবগা খোংজবা তাববসু মাগী খোঞ্জেল কনানা তাবীনি অহাংবা অতিযা যৌনা শন্দোকপসু ঙমদে। নীংতম্না অতিযাদা পাইববা কান্দা নুংশিবা খোম্থাং হাপ্তুনা খোংনীংবনি হবাউ নুংঙাইবা পোক্ত্রবদি খোংনীংদে চুমদ্রো মাগীদি নীংতম্বা হাযবদু লৈত্রে মাঙখ্রে।

তোম্বী : নেনে নীংতম্ববু মপান নাইদবা লননি হাযবিসি কবিগীনো?

মনে : লন হাযবদি কবিবু খঙনৈ?

তোম্বী : মীদদি সনা লুপা যাম্না লৈববু মবল লৈবা কৌই নেনে।

মনে : সনা লুপা ময়ামদু পৈরগা নাদুনা ফমুংদা লৈরবদি নুংঙাইগদ্রা?

তোম্বী : নুংঙাইরোই

মনে : অদুনবু হকচাং ফবনা লন্নি হায়নরিদুদি। হকচাং ফবা, মহৈ হৈবা অনীসিদি মীনা লৌবা য়াদেকো। সনা লুপাদি য়াই। সুমায়না শৈরেংসিদা তেনৱাগী লেঙদ্রবা লন ওইনা কবিনা উৎলিবসি শঙ্গুলক্তা তিন্দুনা অহাংবা মালংদা মফম খূদিং পাইজবসি নৎত্রা?

তোম্বী : উম: মানি।

মনে : মাগী ঙসাইগী মমাঙদা পৈদুনা থল্লিবা অচা-অথক অদুদি কান্নদবা লন্নিকো। অসিগুম্বা লেঙদ্রবা লন হায়বদি নীংতম্বদু মাঙখ্রবনিনা তেনৱাদুগী নুংঙাইজবদু মাঙখ্রে, পূক্লিংগী নুংঙাইবদু অহাংবা অতিযাদা মফম খঙদনা তিনখ্রে সিনি।

তোম্বী : অবোইবগীসি অমুক পাবগে।

মনে : পাবো পাবো

তোম্বী : *চেক্লা শঙ্গুগী/লাপ্ল 'খোঞ্জেল তাবদা উফৈথক্কী তেনৱা/ হন্না মক্তা য়েংলমদনা পাইখি সাখপ তোযনা/মালং ঈপোম মাযোক্লনা।'* উফৈথক্কী তেনৱাদু পাইখ্রেকো নেনে অদো মানা পাইবিসি...।

মনে : ঙসাইমখৈ উফৈথক্কী তেনৱাদু পোনগী তেনৱাগী অৱাবা ৱাবী কয়াদু তাবিবনি। মাসু নুংঙাইত্রিবনি। নুংঙাইতে হায়দুনসু পোনগী তেনৱাগী অৱাবদু পামগদ্রা?

তোম্বী : পামলোই।

মনে : অদুনবু অহলশিংনা নুংঙাইবিঙৈদা মকাপ যাম্মি ৱাববা কান্দদি মকাপ লৈতবনি হাযবা পাউরৌসি যানীংঙব্রা? অদুনা লাইবিক কন্না পাউ।

তোম্বী : হোয় খঙঙে। লাইবিক পাউ হেক্তা হাযবকই শৈবেং পাবিমক্তদা মখাদুম হাযবকও।

মনে : উফৈথক্কী তেনৱাদুনা নুংঙাইতে হাযববসু মতেং পাংলুবা ঙম্বা নংত্রে। তাঙ্গাসিদা লাপ্পা মরূপ মযামগী মখোল তাবরূএ। তেনৱাগী পোকপদগী হৈনবরূপা লমচত্তি...।

তোম্বী : নীংতম্মা পাইদুনা শান্নবা।

মনে : অদুনা কোক হেক মসাদু খপ্লগা নুংঙাইনা নুংশিংকী ঈপোমদু থুগায থুগাযনা পাইখিবা হাযসি ঙাযদনা অদুগা পোনগী তেনৱানা নুংঙাইতনা যেং লৈহৌবে।

তোম্বী : যাম নুংঙাইতে নেনে ঐদি। বালাহোযদা তেনৱা লৈবদো মবোলগা থোক্তৌবে হায ঐননে অমা পীযু হাযবদা মহোষ ককাদা তপখিসি চীংদগী পুবক্কনি হাযয়েবা অদো পুবকঅসু ঐ লৌববোই নুংঙাইতেকো

মনে : উম চুম্মে। জীবশিংবু ফাজিন্দুনা থম্বা হাযবসে মখোযগী নীংতম্বদু ঐখোযনা মুনবীবিনে।

তোম্বী : নীংতম্বা হাযবসি যাম কান্নজাংনিকো।

মনে : কান্নদদি পুন্সিনা মশক থোক্লা নুংঙাইনা হিংবদা নীংতম্বা চঙঙি। সনা লুপা লন-থুম কযা লৈদুনসু নীংতম্বা ফংদ্রবদি অশিবগা চপ মান্নববনি।

তোম্বী : উম, মা হিংবগী কান্নদ্রে।

মনে : চুম্মি চুম্মি। অদো শৈবেংসি নৈনবা লোইবে মোনোলোগসু লোইবে অদুদি তোম্বী নেনে ৱাহং খবা হংগে। উফৈথক্কী তেনৱাদু খঙহৌদনা পাইখ্রিবদু কৈগীনো?

তোম্বী : নীংতম্বনা হেন্না পামলরূপা।

মনে : নীংতম্বনা হেন্না পামলরূপা হাযবদি?

তোম্বী : ঙসাই পোনগী তেনৱাগী মমাঙদা অচা-অথক মযাম লৈবমবদু কল্লরূপা মিহৌবা পোকলুইদনা অদুবু কোন্নথংদা নীংতম্মা কোইপাই পাইদুনা থিজবনা হেন্না ফবরূই হাযবদু খঙলরূপনি। অদুনা খঙহৌদনা পাইখ্রিবনি।

মনে : উম চুম্মে চুম্মে অমুক হাযবো, পোন্নুংগী তেনব্রানা ফংলিবা খুদোংচাবশিং অদু কবিনো?

তোম্বী : ব্রানা কোইপাই পাইদুনা চীঞ্জাক থিদবা নুংঙাইনা চানীংবতা চাবগী খুদোংচাবা ফংঙি।

মনে : অদুগা কবিগী অব্রাবা শক্লোন পুবিবনো?

তোম্বী : অশংবা অতিযাগী মখাদা উমং-ব্রামং ফাওনা পাইবা পাম্বা, অদুগা মমান্নবা মযামগা লোয়ননা শঙ্গুলক্তা নীংতম্লগা শান্নবা পাম্বা। পুন্নমকশিং অসি ফংদবদগী অব্রাবা শক্লোন পুবিব্নি।

মনে : তেনব্রা অনী অদু কবম্বা মতমদা উনখিবগে?

তোম্বী : নুমিদাংবাই নুমিৎনা মযুম চঙলমদাইদা।

মনে : অদুদি তেনব্রা অনীদু কবম্বা কবম্বনো?

তোম্বী : অমনা নীংতম্লা কোইপাই পাইবিবা লমগী তেনব্রানি অদুগা অমনা পোন্দা ফাজিন্দুনা লৈবিবা নীংতম্বা ফংদ্রবা তেনব্রানি।

মনে : অদুদি অমুক্তা হাযযুসে কবিনা শৈবেংসিদা ফোঙদোক্লীংলিবা নুংগী ভাব অদু কৈনো?

তোম্বী : পুন্সিদা নুংঙাইনা তিংবা হাযবসে নীংতম্বা ফংলবা কান্দা ওইগনি। লন-থুম সনা-লুপা কয়া পৈদুনা লৈববসু নীংতম্ববু ফংদ্রবদি অশিবগা চপ মান্নে। হিংবগী লেঙদ্রবা লনদি নীংতম্বা হাযবসিনি।

মনে : ইস যাম হৈবেনে।

তোম্বী : ঙসাই নেনেনা হাযবদো ঐনা ইশিন ইশিন থমহৌবা অদুগা হাযবনিদা।

মনে : উম! ইগদবনি হেন্না জ্ঞান তানবা।

তোম্বী : নেনে ! সুম্মাযনা সুম নীংশিংবসি ই - ই থম্মবা হাযদি ব্রাবী নুংঙাইবগসে ইশিল্লবা অদু ওইদি কবি কায়দু ওইনিকো।

মনে : এ: এ: ঐখোয তোম্বীসিদি শিন শুদৌবি দ্রামাসু যাওনীংঙবা কবিসু ওইনীংঙবা। ঙাযখো নঙবু ব্রাহৈ-ব্রাতা ফজ-ফজবা খন্দুনা তাল ছন্দ নাইনগা ইবা হৈগদ্রা।

তোম্বী : ৱাবীদু সুম পংইদা ইবা য়ারোইদ্রো?

মনে : হে য়ারোই। তাল ছন্দ নাইনবা ৱাহৈসি তাক্কক তাক্কক শেম্মগা ইগদবনি অদুনবু ঙসাই পাবদু তাবা নুংঙাইরিনে। নঙনা ইচম চম্ন ইবদুনা ৱাবেং, ৱারীমচা ইবনি। শৈবেং ইবা মীবুনা কবি কৌই অতে অইবদুদদি কবি হায়বসি হায়নদে।

তোম্বী : অদু নেনে, ঙসাই তেনৱা অনীনা হায়বা ৱাহৈশিংদো ইচম চম্বা ৱাঙাঙ নৎত্রো?

মনে : ইনভর্তেদ কমা মনুংদা থম্লিবা ৱাহৈশিংদু দাইলোগ হায়দি ৱাঙাঙ কৌই। শৈবেংদসু ৱাবী ৱাতায় য়াওবা যাই তৌবদদি সুব ছন্দ নাইদুনা ৱাহৈ ৱাতা ফজবা ওইগদবনি। ঙাইখো শৈবেংসিবু কনানা ইবা হাযদি কবিদু কনানো।

তোম্বী : কৃষ্ণমোহন কৌই নেনে। অদো নেনে ঐ কবি ওই ঙম্মবোই।

মনে : দ্রামাদং য়াওবগে ?

তোম্বী : উম!

মনে : অঙাওবীসিদি।

--( )--

**য়াওগদবা শক্তমশিং :**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মমা | - | চহী ৩২ |
| ২। | নাওবী | - | চহী ১১ |
| ৩। | ফোনি | - | চহী ১০ |
| ৪। | কেনি | - | চহী ১০ |

# চিঠি

[ ম্যুজিক ]

*[পোষ্টমেন লাকপগী মন্দিলা মখোল তাই। নাওবী চিঠি লৌশিল্লস্নগা হরাউনা চঙলকই]*

নাওবী : ইমা ! ইমা !

মমা : কৈদৌরে ? পংকৌদা কৌগদবনি। তপ্না কৌরকপা য়াদ্রা।

নাওবী : বাবাগী চিঠি ! ইমা চিঠি য়েনবা নুপাদো করি হায়বা?

মমা : পোষ্টমেন।

নাওবী : বাবাগী চিঠিসি মানা পুরকইনি। নুংশিকো ইমা।

মমা : উম নুংশি। কদায় চিঠিদু পীরকউ ইমা পাগে।

নাওবী : য়াদে য়াদে কৈসু ঐ পানি।

মমা : ইসে ! পারো পারো লাউনা পাউ ইমাসু তানবা।

নাওবী : [*চিঠি পাবা হৌই*] 'ইপাগী নাওবী' হায়না মথক্তা তোঙান্না ইরিসি করিগীনো ইমা ?

মমা : কনাদা ইরিবনো হায়বদু খঙহল্লিবনি পারকউ।

নাওবী : 'নহাক অনা অয়েক য়াওদনা লৈরি তাবদা ইপা নুংঙাইরে' ইমা, বাবানা ঐ নাদে হায়বা করম্না খঙইনো ? মাদি আ: দিল্লিদা লৈরগা।

মমা : ঐনা নঙোন্দা নহাল থাদহনবা চিঠিদুদা ইমানা হায়খিবনি।

নাওবী : ও: ও: মখা পাগে।

মমা : হৈমো ! পারো ইমা তারিনিনে।

নাওবী : "মরম ওকপা অঙাং ওইদুনা লাইরিক কন্না পাদুনা লৈরমগনি খল্লি। কন্না পাউ হয়েং চাউরগা দিল্লিদা তমহনগনি নমানা হায়বা ইল্লু" ইমা ঐ ইল্লিকো।

মমা : হোযনে হোযনে মখা পাথবো।

নাওবী : মখা অং! 'কালেন থানি হয়িং তোংবা ফত্তবা পোৎ চাশিনগনু মদুদগী লাযনা কযা অমনা নাহল্লকপা যাই। ইপা লাক্কদৌবিবা আগষ্টকী তাং১৩ নঙনবা থোক্লককনি। ইপানা থোক্লককপদা ইচাগী শান্নপোৎ যাম্না লৈবক্কনি। মদু নমান্নবশিংগা নীংথিনা শান্নমিন্নগবনি। ইমান্নবগা খৎনবা হাযবসি ফত্তবনি। মতম খূদিংদা অফবা লমচৎ চৎনবা হোৎনগদবনি। নহাক অমদি নমাবু খুদোংথিবা পূম্নমক্তগী কন্নবা ইপানা ঈশ্বরদা নীজবি।

[*মতমসিদা মপান্দগী কেনি অমদি ফোনি লাংদুনা লাকই নাওবীবু কৌবকই*]

নাওবী : সিদা চঙঙকউ ঐ ইমাগা চিঠি পাবি।

মমা : কেনিগা ফোনিগবা লাকও চঙঙকউ সিদা ফম্মুসে; নাওবী চিঠিদু লোযবত্রা পীবকউ।

নাওবী : ঙাযখো ইমা অমুক্কা পাখিগে।

মমা : ফোনি নখোয নুংশাসিদা শান্নবা চৎতৌবিববা? হুং কোন্না শান্নৌ নুংশা যাম্না শাবি। ইমা নখোযগী শঙ্গোম শেম্বিকগে। [*মমা চঙখি*]

কেনি : [*যাম্ন' ঙক্লা*] নাওবী নঙবু চিঠি পাবা হৈববা?

নাওবী : হায! লাইবিক পাবগা চপ মান্নেনে। বাবানা লাইবিক মযেক ওইনা ইবগা পীবকপনি।

ফোনি : অস! কেনিসিদি যাম্না পংজাৎনিনে, পংঙিকো নাওবী?

নাওবী : উম পঙঙি।

ফোনি : ঐদি ঐখোয চেচেনা থাবকপসু দাদানা থাবকপসু যাম্না পাজাৎনি। অদো যেংঙোই ঐখোয দাদাদি ইংলিসনসু ইবকজাৎনি।

নাওবী : [*ঙক্লা*] ইংলিসনা অদুদি নঙদি পাবা হৈববা?

ফোনি : হৈ। ঐনা পাবগা বাবানা তাবেদনা অদুগা খঙদবদো লাইবিক তাকপদৌনা তাকপি।

কেনি : [*যাম্না নুংঙাইতনা*] ঐসু হোবেল ইমাদা চিঠি পাগে হায়নি।

নাওবী, ফোনি : হা: হা: হা: [*পুন্না নোকশিল্লি*]

ফোনি : নঙদি কনাগী চিঠি পাদৌবিবা ?

কেনি : ইমাগী

নাওবী : [*নোক্লগা*] নখোয ইমাদি নযূমদা লৈবিদুদি

কেনি : অদু ওইবসু।

[*থোবক্লগা*]

মমা : কৈদৌবে অদুক হৌনা নোক্লিবদুবো? সে সে শঙ্গোম থকউ।

নাওবী : ইমা,ইমা, কেনিনা হাযবিবা মখোয মমা লৈবিদুবু মমাগী চিঠি পানি হাযবিবা কো ফোনি।

ফোনি : উম: কেনিসি পংবনি।

মমা : হায নমান্নবদা অদুমনা হাযবা ফত্তে, মতুং মনাও হাযগনু কেনিসু পানিংদুনা তৌবিনি। কেনি,ইচাবু চিঠি পানিংববনে?

কেনি : উম! পানিংঙি ইমা [*যাম্না নুংঙাইতনা*]।

মমা : নাওবী, বাবাগী চিঠিদু পীবকউ কেনিসু পাহনসি।

কেনি : [*চিঠি হেক পাযবগা*] ইমা সি বাবানা যূমদা ইবিবা? [*অঙাং অনী অমুক হৌদুনা নোকই*]

নাওবি : নত্তেহে ! আ: দিল্লীদা ইবনি। তু সিদা মথকসিদা দিল্লী, জুন ২০ থাবিসিদি। ইমা কো দিল্লীদা ইবনি কো।

মমা : চুম্মি চুম্মি। কেনি নাওবীনা হাযবিসে চিঠিগী যেৎথংবা অহৌবা মতোন্দা ইবকপগী মফমগা মতমগা থাগদবনিকো।

কেনি : যেৎ হাযবদি চাক চাবা খুৎসে ?

মমা : উম, চুম্মি।

কেনি : মী ঐসু খঙজাৎনিঙো।

ফোনি : ইমা ইমা নহাক্সে ওজানা অমুথোইদো নারগা লিভ লেত্তর পীরক্কে হায়দুনা চৈরিবা। লেত্তর হায়বসি চিঠি হায়বনিকো ইমা অদুদি লিভ লেত্তর হায়বদি...।

নাওবী : ছুটি চিঠি হায়বনিকো ইমা।

মমা : ঐখোয়না ছুটি চে হায়বদুনি। নাওবী ছুটি চিঠি হায়গনু ছুটিগী চিঠি হায়য়ুকো।

নাওবী : ইমা ইমা অদুদি ঐদি ছুটিগী চিঠি ইবা হৈতে বাবাসু লৈতে নাদুনা কাদ্রদি নোংঙাল্লগা ওজানা ফুনি। [*কপ্লি*]

মমা : হায় নাসু নাদনা হান্না কপ্লিনে নঙদি অমুক্তা কাদবসু তৌদ্রি।

নাওবী : অদু ওইরসু।

ফোনি : ঐদি হৈ ইরকউরা, ঐখোয় চেচেনা তাকপী।

মমা : ইয়ু ইয়ু নাওবীগা কেনিগসু হৈনবা ইহল্লু।

নাওবী : ঐসু হৈনি কৈসু, চিঠি হায়বনিনা বাবাগীসি য়েংলগা ইবগা লোইরে সিদা দিল্লী থানি সিদা..।

মমা : [*নোকই*] লাল্লে লাল্লে।

ফোনি : নত্তে কৈসু ! তু ঐ ইগে চেচেনা হায়বদি বাবাগীকো, ইপাগী হায়বসে সিদা হেড মাষ্টর, চাউয়াইমা জে বি স্কুল থানি হায় চুম্মিকো ইমা।

মমা : উম চুম্মি। অদুবু ফোনি খিত্তং মান্নদেকো অহৌবদা ছুটিগী ওইনা ইবদদি ইকায়খুম্নজরবা ওজা হায়না ইগনি চুম্না ফোনি।

ফোনি : উম ঐ ইগেকো য়েংঙো কেনি নাওবী তু তু [*মুরুম মুরুম শোন্দুনা ইবা*]

মমা : কেনি নঙ ঙসাই চিঠি পানীংঙি হায়দাই? ফোনি ইরিসি নঙ পাবকউ।

কেনি : লোইরব্রা ঐ পারগে ফোনি।

ফোনি : উম্ম পারো, লোইরে, সে।

কেনি : হেড মাষ্টর
চাউয়াইমা জে.বি. স্কুল

ইকায়খুম্নজরবা ওজা,

ইকায়খুম্নজরবা ওজাগী মফমদা করিগুম্বা খরা হায়জরি মদুদি ঐহাক হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা জুলাই ২৫ অসি স্কুল কাজরকপা ঙমদ্রে। মরম অদুনা ওজানা চানবীদুনা জুলাই ২৫ অসি ছুটি পীনবিয়ু।

*অদোমগী থাজরবা ছাত্র*

ইম্ফাল জুন ২৫ ফোনি,
ক্লাস ফোর, বোল নম্বর ফাইব

কেনি : ইমা বাবাগী চিঠিদনা অহৌবগী য়েৎতা দিল্লী জুন ২০ ই। অদুগা ফোনিনা ইবদনা অরোইবগী ওয়-সিদনা জুলাই

কেনি : জুলাই ২৫ অসিবু , ফোনি নঙবু হৌজিকপু নাত্রনে ?

ফোনি : নাদে।

কেনি : অদুদি কৈদৌবা ইরিবা?

ফোনি : ঙসিগী ইবনি, হয়েং অমা অমুক ইগদবনি।

মমা : ফোনিনা হার্য়রিসে চুম্মি। ছুটি নিবা নুমিৎতুগী তাং, থা ইগদবনি লান্না ইশিনবা য়াদেকো।

নাওবী : ইমা বাবাগী সুমহায়না নহাক্কী নুংশিরবা ছাত্র হায়বা য়াদ্রা।

মমা : য়াই। করিগী য়াদনি অদুদা 'থাজরবা' হায়বনা অচুম্বা তৌবা মাল্লি অদুননি।

ফোনি : অচুম্বা গায়দি কৈনো?

ফোনি : হাইস! খঙদতাকও ধুদুসিদি।

মমা : ফোনি অদুম্না হাযবা তৌহৈদে। যেংঙোই কোনি ইমা হাযগে অচুম্বা হাযবদিনে ওজানা পাবা ফাবব্রা হংলগা ফাদনা ফাবে হাযশিল্লবদি...।

নাওবী : ওইদবা ঙাওবা কৌই ইমা।

মমা : অদুনা ফাজদে হাযগদবা মসিবুনিকো অচুম্বা ঙাওবা হাযবিবসে।

ফোনি : নাওবী ঐখোযগী পাবাদা ওইদবা ঙাওবগী কৈনা মী চাবদো কো।

কেনি : অর্দাদ লাইদা যেকপনি চাসু চাদনা, কো নাওবী।

ফেনি : চাই কৈসু।

কেনি : চাদে কৈসু। [*চাই, চাদে কন্না যেংলে*]

মমা : খংনগনু খংনবা যদ্রে। অচাপোৎ চাসি, ইমা লৈ থাক্লগে খংনবমগনুকে।

কেনি : নাওবী ঐ চুম্মিকো চুম্মি হাযযু মার্বা মঙা পীগে হযবা।

ফেনি : ঐনা চুম্বনি নাওবী কো ঐদ পৃং ওইনা পীনি।

নাওবী : ঐনা বাবী লীবগা ইমানা চুম্মি চুমদে হাযরানা নশান যাম্না খংনৈ।

মমা : [*থোক্লকই*] সে সে সি চাবে কৈদৌনবা?

নাওবী : ইমা ইমা মবানি যাম্না খংনৈ ঐনা বাবী লীবগা ইমানা হাযযুকো।

মমা : হাযগে ইমা হাযগে।

নাওবী : অদুবুবো ষন শেনবা নুপাদো অদুননে কৈসু লাক্তনা কৈ লাকএ কৈ লাকএ সুম পংহাইদা হাযবা।

মমা : লাউদ্দি লাউদ্রো [*নোক্লগা*]

নাওবী : উম, লাউই ইমা লাউই মী তানবা।

কেনি : মীদি অমন্দসু লাকপীদবা নৎত্রা, ঐসু খঙ্ডিঙো।

ফোনি : হৈ অদুদি কোয়নি অহানবদা লাকই কৈসু।

নাওবী : ঐ হায়গেবা নবানি হেক্তা খৎনৈ।

মমা : নাওবী হান্না হাযইনখো ঙাযখো, অদুদগী কেদৌববা নাওবী।

নাওবী : অদ্দনে মী মযাম পংলক্তা লাকপা কৈদি লাক্তবা...।

মমা : অদুদগীদি মীশংদু শাউবগা হনখ্রে। মখাদি...।

নাওবী : অদুদৈদিনে কৈ লাকপা, মানা কৈ লাকএ কৈ লাকএ হাযবা,কনাসু লাওবা মা অদুম কৈনা চাবে শিবেকো ফোনি।

ফোনি · উম, শিবে।

মমা : কেনি নও খঙলদ্রা?

কেনি : খঙলনি।

মমা : লাইবিক্তা কৈনা মী চাবা যেকপ্রা?

কেনি : উম। যেকই।

মমা · কেনিনা হাযবসু চুম্মি, ফোনগা নাওবীগসু চুম্মি। মদো অশেংবা চাবা নত্তে লাইবিক্তা ওজানা তম্নীবনি নৎত্রা? অদুনন্নে ওইদবা ঙাঙবা, লাকসু লাক্তনা লাকই হাযবা ফত্তবনি অশেংবদা হাযগদবনি। অশেংবা নাববদি ছুটি নিংদবনি নাদনা নাবে হাযাশনবদি যাদেকো।

কেনি : ও ইমা,ঐদি সুকহায হাযবোই। নাওবী হাযবোইসিকো।

নাওবী : ইমা! ইমা! চিংহসি অনী সুবেকো স্কুলদা ছুটি নীবা অমা, বাবাদা থাবগী অমা।

মমা : উম চুম্মি। অদুবুনে, সিদা নওবা ওফিসতগা থানবা চিঠি কযাসু লৈকো। মদু চাউবগা খঙলক্কনি।

কেনি : উম লৈ, ইমা, মকুপকী চিঠিনি হাযবগা জুগী ৱাবী লীবসু লৈকো।

নাওবী : হৈবেহে নঙদি ককশিংদৌনা।

মমা : তোকও তোকও খৎনবনু। ফোনি, কেনি নবানিগী চিঠি অমমম ইবকও নাওবীগী থাবদা থামিন্নগদবনিকো। না'ওবী, বাবানা দিল্লীগী ফজবা কযা মমাঙগী চিঠিদা ইবকইদনা নঙনসু মণিপুরগী হৌজিক্কী ফিভমশিংসে ইখিগদবনি। নবানি ঙসাই নাওবীগা শান্ননি হাযদাই চৎলো চৎলো শান্নববো কুইনদি শান্নববনু নুমিৎ তাথ্রনিকো।

